# খম্নলাংবা ইঁরেংবা পুৱারী
# নৈনরোল




পুথোকচবা

আথোকপম য়াইমা, লংদুম
থৌথি কাঙলুপ
পুরেল ॥



পুথোকচবা
তাং ৯।৪।৯৩ ইং
মমল লুপা ২৫ (কুনমঙা) ॥
কোপী মশিং ১০০০

# লাইহরিক অসিগী মরমদা খরদং

ইকাই খুম্নরবা অথোকপম য়াইথানা মৈতৈ ময়েক অরিবনা ইবা পুয়াদগী নৈনাবোলগা লোইননা পুথোকলিবা খম্লাংবা য়ারি ইরেংবা পুয়ারীগী অচানবা সরুক পাবে। ইরেং পুরারী হায়বা লাইহরিকসি ইরমদমসিগী ইনাংকী ওইবা অসেংবা পুয়া। লাইহরিক অমনি হায়না মৈতৈ মাইচৌ লুপতিনা তাং ২৫।৯।৮৮ ইংগী ১৪ শুবা মীফমগী ২শুবা য়ারেপ্পা হেক্কখি অমসুং তাং ৭।৫।৮৯ ইংগী ১৯শুবা মীফমগী ২শুবা য়ারেপ। ইরেংপুরারী কৌবা পুয়াগী অনাইবা লোন্দা হন্দোকপগী থবকসি মাইচৌশিংনা লম্লাই-লম্থাই ওইনা নৈনরগা হেন্না লাকপদা পুথোকনবসু হেক্কখি - লাইহরিক অসি তাং ১২।৯।৯২ ইংগী লৈপাক্কী অথৌবা অহৈ লুরা লাইনিংথৌ সনামহিগী লাইসংদা ফমখিবা মীফমগী অহানবা য়ারেপকী মতুং ইন্না ইরমদমসিগী ইনাংকী ওইবা অসেংবা লাইনিং ( Holy book ) ৪ গী মনুংদা অমা ওইনা লৌখি।

লৈথক লৈখারোল পুদিন খম্লাংবা ইরেং পুরারী-লৈসেমলোল লাইহরিক ৪ সি মপুংদা অমত্তনি লৈথক লৈখারোন বেঙ্গলী ময়েক্তা লৈখিদ্রবা ডাক্তর য়েংখোম ভোগা সিংহনা থোংদোকখ্রে—য়াইহন্নোক খরসু মতাং মতাংদা উত্তুনা থর্কায়ে অহুবু হিন্দুগী লাইনিংগা হক-হেক চানহন্দুনা ঐখোইবু কওাউনহল্লি। ওঝাঁ অথোকপম

য়াইমা অরিবা পুয়া কয়া নৈনবা মীওইনি। মাগী মপুন্সি মৈতৈ পুয়াদা কংখোকলে হায়বা ফাওবা য়াই। অয়াম্বা মতমদা মৈতৈ পুয়াগী রাখন্দা ওাউতুনা লৈবা মীওইনি। মৈতৈ মাইচৌ লুপতিনগী মীওইনি। অখণ্ড অহৈ লুপকী মীওইনস্মু ওইখি। ওঝা অসিনা মতম কয়াগী মমাংদা হুরেং পুরারী নৈনতুনা লাকখি—হৌজিকস্মু নৈনরি তুংদস্মু নৈনখিগনি। হুরেং পুরারীসি মৈতৈগী য়াম্না অহৎকপা অরিবা মৈতৈ ময়েক্কা ইতুনা লৈবা লাইরিকনি অখণ্ড-অহৈ-মনাক্তা ফমতুনা নৈনদবা মীনা হেক খঙবা ঙম্মোই খল্লি। ওঝা য়াইমানা মৈতৈ ময়েক্কগী বেঙ্গলী ময়েক্কা ইথোক্লগা নৈনরোনগা লোইননা তাংকক থর থাইদোক্তুনা মথং মথং পুথোক্লবা হোংনরি—অহানবগী ওইনা তাইবং পানবা অসিবু সেমলকতৈগী রাদগী নোংথো মরোল ৯ সেমলকপগী রা ফাওবা পুথোকলি অতোপ্পা পুয়া কয়াগী মতেং লৌতুনা মপুং ফানবস্মু হোংনরি নৈনরোলসি হুবদা অইবনা মাগী লোন রাহৈ রাতা খিতং তোপ্পা উহৈ মসিস্মু অরিবা লাইরিকসিগী লোনদানি। পুদিন পুয়া পুথোকখ্রে নৈনরোলদি পুথোক্রি-অইবা অসিনা হুরেং পুরারী নৈনরোল থরগা লোইননা পুথোকলকপা অসিনা লাইরিক অসিগী লুংগী রাখল্লোন থরদা ওইরবস্মু ফোংদোক্লবা হোংনরিবা অসি য়াম্না মমল য়ামই হায়না লৌজে। লাইরিকসিগী অয়াম্বা সরুক লাইরোম্নি—লাইব্রানি হায়বা য়াই। অতুনা হুরাই লায়না খঙবা ঙমদবনি। নৈনরোল অসিমক্তা য়ুনফম ওইরগা হুরেং পুরারগী মতুংদা য়াওরিবা মচং ওইবা, (Scientific) ওইবা রাফম কয়া মথং মথং অখণ্ড অহৈ মাইচৌ মাইনৌসিংনা

মচং ওইবা রাখল্লোন পুথোক্লুনা ইরমদমসিগী ওইনা ইপা ইপুসিংগী অরাংবা থাক্কী রাংউলোনদু পুথোকপা ঙমলগনি হায়না চেৎনা থাজৈ।

ইরেং পুরারীবু অরাইবা লোন্দা নৈনদুনা পুথোকপা হায়বসি তন্নাই তন্নাইবা নত্তে হায়না লৌজে। লাইরিক নৈনবীরম্বা ডাক্তর য়েংখোম ভাগ্য সিংমা তাকপীরমক্ত লাইরিকসিগী লাইরা সৈরেং (শ্লোক) কয়াগী অর্থদি লাইরোন্নি. অর্থ হনবা ওইথোক্রবনি লাইগুম্না মীতনা হনগদবনি তোঙ্গবা ঐনা হনবদি মথিক নেম্বনা খাজ লাম্বগুম্বনি। অদুবু থরদং হন্দোকপা ঙমজরিবসি ইবুধো পাখংবগী থৌজান্নি। অমুক হক্কবা পুয়াসি নৈনরগা অরাইবা লোন্দা পুথোক্লবা হোৎনরিবা অইবদা ইপুধো পাখংবনা পাঙ্গল লৌসিং পীনবীদুনা তাংকক্ পুন্নমক ফোংদোকপা ঙম্বা ওইসন্নু হায়না ইবুধোবু হন্না হন্না থুরমজরি॥

ঈরেংবম লুখোই

য়াইতোংবা অসিনা অরাংলুপ

মৈতৈ/মীতৈগী অসেংবা পুয়া/লাইরিক

থনবা লুপ।

তাং ১১।৫।৯৬ ইং

# থাগৎ ৱাহৈ খৱা

ইয়াম্বা য়িবুংঙো অথোকপম হাইগ্না লংহম মরাই নৈকাইদা লৈবনা "খমলাংবা য়িরেং পুৱারি" কৌবা লাই ওইখ্রবা য়িপা য়িপুসিংনা মৈতৈ ময়েক্তা থোরি লাওদুনা ইয়েক ৭ কী মপারি মমোমগিদমকতা থমবীরমবা পুয়াবু হৌজিক ফৌজিক মীয়ামনা খঙনরিবা বাঙালি ময়েক্তা ইথোকপিদুনা নৈনরোল কয়াগা লোইননা ফোংগনি হাইদুনা হোংনবিরিবা অসিদা থোইদোক হেন্দোকনা থাগৎচরি ॥

পুৱারি অসিমক মীয়ামনা য়ামনা খোৱাংনা ভানিংনা হৌত্র-কুমবাস্কুং মৈতৈ ময়েক্তা ইবা কোপি খৱা লুপাক তাবুক্তদা লোকাং চাত্নুনা য়ামনা চেৎনা-লুনা ফদি ফৱানা য়োমদুনা য়িপা য়িপুগী ললনি ফাকইদে নামুংই হায়বা থাজবা অমগা লোইননা কনাং উদনা থমনরমবনি অমদি পুয়া ময়াম মীরান মচা লমোংবগী থৌইনসিননা মৈ থানবা হোংমরকলবদা য়ামনা কিনা লোৎতুনা থনমলবনি ।

পুয়া অসিদা য়ামনা মরু ওইরিবদি লাইনিং লিচৎ তোঙান তোঙানবা তাইপং কয়ানা কোৱৌ নোংলোন ৯ (মাপল) মালেম লৈরোল ৯ (মাপল) নুমিৎ, থা, থৱাইপিচাক, শচিক থাবা, ওকপুরোয়, ভাউ হুইরেংনচিংবা অতিয়া মকোয়দা থোকলিবশিং অমদি অচৎ চৎতা তাইপঙনচিংবা মতৌ করমনা কুলুনা শেমখিবগে

চায়বা থুপলবা মচি ওইবা চিংথোইবা লাইকী রা ওইপা কয়াপু খোরি লাংছুনা থমথীরম্বা অমম্লুং মাহুগী নৈনরোল কয়া হাপতুনা অপাবা খুদিংদা থওনিঙবা কয়া ময়েক শেংনা খঙহনবা ওমলগনি অমদি মালেমদা লৈরিবা তাইপঙ পুম্নমকনপা মতম কুইনা অমমবা লাংনা কুপতুনা থনম্বু অনৌবা মঙাল ফংলগনি চায়বদা ছাইমনবা থোকলোই ॥ লাইরিক অসি ফোংদোকতুনা মীয়ামদা শংহন্নবগী থৌদাং পাংথোকপীরকলিবা ইয়ামবা অসিবু তেংপানবা মপুনা থৌজাল পীবীসন্নু লোইননা তুংদা তাক্কক কয়াগী পুয়া মথও মথও পুথোকললকপদা হেন্না মায় পাকপা ওইসন্নু চায়না সিদবা মপুগী মফমদা থুরমজরি ॥

অখাম রোধীনচন্দ্র ( খুমন য়েকচা সলাই )
*Retired Principal*
Modern College
Imphal.

তাং ২১ । ৪ । ৯৩ ইং

# শৈরাংজবা ৱাহৈ খরদং

লাইয়িংথৌ অসুম্পা নংবু ইখুং তন্নামক্তা খুরুম্না ইজগে তা-থিবিগনু। ঈরেং পুৱারি, লৈথক লৈখারোন পুদিন পুয়া লাই-রিক অমগী মমিংনি॥ পুয়া অসি থোইদোক্লা মৈত্রবাক ইরমদম স্না কংলৈবাক্কি মচা মশু ওইবা ঐথোয় খুদিংমক্কী থকসি খাসি লাইনিং লাইসোন য়ুম্বাললোন ঈরাং থৌনি খুদিংমক শুবা লাই-রিক্কি হায়জনিংই। থোইদোক্লা মৈতৈ ঐথোয়গী ঈনাংতি উমং লাই হরাউবনি। উমং হারবা ৱাহৈ অসিনা তাইবংপানবা মীনা চিংবা থৱায় পানবা খুদিংমক্তা ১ দি উপাল-রাপাল, হৈপাল-লৈপালনচিংবা পুম্নমক্তা মপুগী শিন্থা মতুং ইন্না মালেমদা শান্দোক্লা মাগী মাগী মতিক ময়াই ফোংদোক্তুনা তাইবং কুম্মে শান্নরিবা অসি উমংনি। অসিগুম্বা মপু মাগী শিন্থাদগী অচংপা চত্তবা মী, শা, শলনচিংবদগীনা উপাল, হৈপাল, লৈপালনচিংবা খুদিংমক্তা হিংদুনা নুংঙাইনা হরাওনা পাঙ্গরিবা থোইদোক্লা মচা মশু চাদা নাওদা শন্দোক্তুনা হিংদুনা পাল্লিবা মালেম অসিমক হরাওবুং অমনি। অসিগুম্বা হরাওবুং হরাওনবগী মফম ওইরিবা মালেম অসিগীস্থু মপু ওইরিবা তাইং মপু মহাকপু হেরে কৌই হাইদুনা পুয়াগী অহোৌবমক্তদা হেরে মকে নহে কারেনচিংবা অরুবা অহক-পা লাইরোলশিংনা ফোংদোক্লি॥ ৱাহৈশিং অসিমক হরাওবগী খুদম তাক্লিবনি। অমত্তা ওইবা তেংবানবগী মপু মহাক মতোম-

নতা লৈবা অহুনা মালেম সেম্বা য়ারোই থন্দুনা লৈমরেনশিদবী ইমা পুথোকপা মথংদা অতিয়া, অসিবা, কৌনজিন তিংথোকপা, পুথোকপা অসিদম্মু নত্তনা খোইয়ুম লাইয়াম পুথোকপবু ময়েক শেংনা তাক্লি। পুয়া অসিদি থোইদোক্লা নিংচিং রাষ্ট্রথোক পুথোক্লনা নৈনবা তারবদি অসিগুম্বা পুয়া অসিদি ঈপা ঈপুসিংগী লৌশিংগী পুক্কৈদগী থম্বীরম্বা পুয়াসিং কান্নরবা মচাকসিংতনা থন্না য়াওরবা পুয়া ময়ামগী মরক্তগী মচি ওইবা অমত্তং হায়বা তাংরবদি খমলাংবা ঈরেংবা পুরারি, লৈংক লৈখাখোনম্মু হায়বা পুয়া অসিনি হায়না থমজনিংই। পুয়া অসিদা য়াওরিবা মচাক্কি লৈশেমলোন. মীশেমলোন অমদি তোঙান তোঙানবা ফুরুপকি হৌরকলোন থোইদোক্লা শা, শল, উপান. রাপাল, হৈপান. লৈপামনচিংবা নাপি শিংবী ফাওবগী লাইফাওবগী হৌরকলোন অরাৎপা লৈতনা লাইরিক অসিদগী ফংই। থোইদোক্লা মীয়াম্না তান্নরিবা লাইনিংলোন ঈরাৎ থৌনিরোল রাংনা য়াওবা মচাকশুবা লাইরিক্কি কান্নরিবা মচাক অমনা মপুগী শিন্থাশিংগী মনুংদগী মীওইবা ঐখোয়না ফংগে তাল্লিবা অফবা মচাক অমনা অফবা পুন্সি হুংশাংবা লৌশিং লৈবা মচা থমলম্ববু লাইনিংলোনগী মনুংদা থাক রাংবা কৌই। মাসিমক লাইরিক অসিদগী ময়েক শেংনা উবা ফংবিগনি। হায়রিবা লাইরিক অসি ইরম্বা মাইচৌদি লহাওম্না, রাংথৈ পন্দোন লাকপা মাইচৌ অনিনা খুঃ কুমশিং ৩৩ শুবা কলিগী কুমশিং ৩১৩৫ শুবা নোংদা লাইরেন পাথংবনা মশাগী চহি ২৭ শুবদা ইখি॥ হায়রিবা রাফম অসি চুম্বা

লানবা অতুদি কনাগুম্বা অথং অকৈনা থেংনবিবা লৈবিরবস্থু তাক-পিরক্লবা নিংশিংজরি। লাইরিক অসিমক্তি তুংগী য়ুম্বীরেল ওইবিরক্কদবা ইচিল ইনাওশিংগী খরদং মতেং ওইনগদ্রা খনজ্জত্তুনা হৌজিক্কী চংনব্রিবা বেঙ্গলী ময়েক্লা ফোংদোক্লবগীদমক ঐগী তুংশিজরবা ওজ্জা অহল অখোকপম য়াইমা মুভপোক থোথি কাণ্ডলুপকী লুচিংপুরেন ওইবিরিবা লংত্তুনদা লৈবাগী মফমদা শিন্নজত্তুনা ওজ্জা অসিনা লাইরিক অসিগী নৈনরোল শরুক খরদং ফোংদোকলক্কদোব্রিবা অসিদা মতুংদম্ন লাইরিক অসিগী মশা পুন্নমক শুনা ফোংদোকপা ঙম্বা পিনবিয়ু হায়না তাইবং নপুদা থৌনিজরি॥

হয়ি হয়া হে হয়ুম হয়ুম॥

তাং ৩।৫।৯৩ ইং

চোংথামচা নিলো (খাবাঙানবা)

নম্বোল মাওরেম॥

# পুক্নিংগী ব্রাহৈ খরদং

হৌজিক্কী মতমদা মালেম অসিদা লৈরিবা কাংলুপ খুদিং-মক্না চাওখৎপগী খোংথাংদা থাংজিল্লকপগা লোয়ননা মাগী মাগী হৌরকলোলগী লিখুলবুস্থু কুপ্না লিনরক্লী অমস্থুং মশক তারক্লী। ঐখোয়গীস্থু ইপা ইপুসিংনা তুংগী চাদা কয়াগীদমক অরাং অপা লৈতনা পুকৈ চোম্না থেন্দুনা থম্মীরম্লী। অদুবু লাইবক থিবদি চহি চা কয়া মীপাল তাওলুবা অমদি ইশাগী ইরলবু তুং ওই-নরুবনা মরম ওইদুনা হি-য়াইগী মসক ওইরবা মপাল নাইদ্রবা লুরবা থুপ্লবা ইপা ইপুশিংগী লিরবা ব্রাখল্লোনগী লিথুন কয়াবু হৌজিক্কী মীরোল অয়াম্বনা নৈনবদা খরা ব্রানা মথোকই। মা-সিনা মরম ওইদুনা পামজরবস্থু নৈনফম খংদবনা নৌনা থিগৎ-চরক্লিবা ইরুপচা কয়া অমদি মহৈরোইসিংদু-তুং হেক হেক ওই-হলদুনা নিংব কাইহল্লি ॥ কাংলুপ অমগী মশক তাকপা তাকপা তারগদি কাংলুপ অদুগী লোন ময়েক অমদি মনাং অদুনা তাক্ক-দবনি। মখোইশিং অসি য়েংলগা লুপ অদু করম্না থাকতা লৈবগে হায়বদো লাইনা লেপ্পা ওম্মী ॥

লুরবা তাঞ্জা অসিদা চয়েৎনরিবা চমম্লরিবসিং অসি কোক্লবা অখণ্ড অহৈ কয়ানা তুংগীদমক খনবীদুনা অরিবা পুয়াগী ব্রা-রোল কয়াবু নিংথিনা নৈনবীরগা অরেপ্পা অমা থম্বীদুনা ॥ অরাইবা লোন্দা হৌজিক্কী মীরোলনা হেক লৌশিনবা ওম্নবা হন্দোকপী-

হুনা ইরৈচাসিংদা পুয়াসিংগী অসিগী মতিক ময়াইবু খংহনবীহুনা ইপা ইপুসিংগী খোংগুল লিবদা চাওরবা থৌদাং লৌমিন্নবগী তঙাইফদ্রবা মতমদো য়োরক্লব্রা খনজে নক্কবদি ঐথোয় হেন্না লৈখা তাখিহুনা চাওখৎপা খিন্থরককনি হায়জে ॥

অসিগুম্লবা লৈপাক্কী অহাংপা অহাবসিং অসিবু উবীহুনা পুকচেন চাওরবা মুঙপোক থৌথি কাঙলুপকী লুচিং পুরেন ওই-বিহিবা ইকাই খুম্নবদা মতিক চারবা মুংসিজরবা ইপা ইবুংঙো অথোকপম য়াইমা লংতুমদা লৈবীবনা হোংনবীহুনা লৈপাক্কী অহাবা অসি খরদং কোক্কদ্রা অমদি নৌন। থিগৎচরক্লীবা মহৈ-রোইসিংদা মতেং খরা ওইগদ্রা খনবীহুনা পুথোপিরক্লীবা ॥ "খনলাং পুরারি" মালেম লৈসেমলোনগী শরুক অসে হৌজিক্কী সাইন্সকী হাফম, মালেম অসিনা ওইরকখিবা হারি লিখুন কয়াগা য়াম্না চংশিলনৈ ॥ খুৎইস্সু হৌজিক্কী মীরোলনা নৈনবদা মুংঙাই-নবা অরুবা অরিবা হাহৈ কয়াবু অরাইবা লোন্দা হাহস্থোক পীবীহুনা হৌজিক্কী লোল অসিগা য়াম্না অমুকস্সু চুংশিননহল্লি। তশেংনমক লাইরিক অসি নৌনা থিজিল থোংচীল্লীবা মহৈরোই-নচিংবদা য়াম্না কান্নবা মচাক অমা ওইগনি নিংই। তুংদস্সু অস্সুম্না মখা তানা থিজিনবীহুনা ইরৈচাসিং অমদি মহৈরোই কয়াগী লমজিং মৈরা চুখৎপীহুনা অনৌবা মঙাল মপুং পুবি-হকখিগনিস্সু নীংজৈ মাসিগীদমক ইপা ইবুংঙোগী মফমদা তৌ-হিমন উৎচবগা লোইননা তাইবংপানবা মপুগী মফমদা য়াইফ-থৌজান পিবিনবা থৌনিজরি ॥

তাং ২২ | ৪ | ৯৩ ইং

কোংখাম কুমার মোইরাংচা
বামোনকম্পু কোংখাম লৈকাই।

# নুঙপোক থৌথি কাঙলুপকী পম্মুং

তাং ৫ । ৬ । ৭৫ ইং কালেন থাগী ২৬ ( কুম্ভরুক ) নি পানবা শগোলশেল মুমিংকী মুংথিল পুং ৩ তাবা মতমদগী পুং ৬ তাবা ফাওবদা নুঙপোক থৌথি কাঙলুপকী শংলেন্দা লৈখিদ্রবা কাংঙবম তোমচৌনা য়াইতোংফম তাংবল ফম্বাল লৌবিদুনা নৈনখিবা মীতিন্দা লেপখিবা ব্বাফম ॥

১বা ব্বাপেপ — তাইবংপানবা মপুনা মীওইবা অসি কয়ম তৌনা শেমলকপগে হাইবা থৌরম অসি থিজিনবা অমসুং মীওইবা অসি করমনা কাংলুপ ( জাতি ) থাইথিবগে হাইবগী মরম থিজিন্দুনা মীয়ামগী মফমদা ফোংদোক্নবা হোৎনবা ।

২ বা ব্বারেপ — মালেম ( পৃথিবী ) অসি করম তৌনা শেমখিবগে হাইবগী মরম থিজিনবা অমসুং মালেমগী অহানবা শেমখিবা হৌখিবা মফম থিজিন্দুনা মীয়ামদা ফোংদোক্নবা হোৎনবা

৩ বা ব্বারেপ — মীওইবা কাংলুপ ( জাতি ) শিংনা মুপী অমদি নিপাসিংনা মমা, মপা, মচিন, মনাওসিংনচিংবদা করম্বা থৌগললোন্না লোইনগদগে হাইবা মাংলমচংকি অহনসিংনা চংলম্বসিং অদু থিজিন্দুনা মীয়ামগী মফমদা ফোংদোক্নবা হোৎনবা ।

৪ বা ব্বারেপ — মীতৈ/মৈতৈ লৈপাক অসিদা লৈরিবা লাইফম তিন-ফমশিং অসি থিজিন্দুনা । মীতৈ/মৈতৈগী অরিবা লোল ময়েক লাইনিং লাইসোন চাওখৎনবা হোৎনবা ।

৫ বা ৱারেপ– মালেমদা লৈৱিবা মীওইবা কাংলুপশিংনা অমগা অমগা খংনবা চৈনবা অমদি লানফমনচিংবা মীওইবগী তমাংবা ওইগদবা থৌথোক কয়াবু থামজিন্নবা অমগা অমগা মরি লৈনহন্নবা হোংনবা ।

৬ বা ৱারেপ—কনাগুম্বা মীওই অমনা মীয়ামগী কান্নবা অমদি কাংলুপ অহুগী হৌরকলোন থিজিন্দুনা কাংলুপ অহুবু ময়েক লানা থমনবা হোংনরম্বা মীওইসিং অহুবুস্থ মতেং পাংদুনা মপুং ফাহন্নবা হোংনবা ।

৭ বা ৱারেপ –মীওইবা এৈখোই অসি অমবু অমনা হন্থনা য়েংদুনা অপং অসিং খায়না চংপা ক্লিচং শাজং অসি থাদোক্লদুনা অমগা অমগা চাং মান্নহন্নবা হোংনবা ।

৮ বা ৱারেপ –মথক্কী থৌরমসিং অসি পাংথোক্লবগীদমক থৌরমসিং অসিবু পাম্বীবা মীওইসিংগী মফমদা অঙম অঙম্বা মতেং পাংবিনবা হাইজবা হাইনা লেপনরে ।।

## ৮ বা ৱারেপকি, থৌদাং ৱাবিরিবা মীওইসিংগী মিং অমদি লৈফম মথাদা থমজরি ।।

১। তাং ৭।৪।৯৩ ইংদা থম্লাংবা পুৱারি লৈনরোল অসি ফোংদোকনবগীদমক সিন্দোক্লবা চে লৈজগে তৌরিবৈদা পুকচেল চাওবা লংতুম লাইরেম্বী লৈকাইদা লৈবা হিদাম ধনজোইনা লুপা ১৮ পুথোকপিদুনা চে লৈবিরমদুনা থম্লাংবা পুৱারি লৈনরোলবু সিন্দোক্লুনা প্রেসতা থাজিনবা ঙমজখিবনি ।

অতুগা ফোংদোক্কদৌয়িবা অইবা চেরোল অহু ময়ুমদা পুত্থনা নোংমা নিনি চংনা পারবা মতুংদা নিংহননত্থনা হন্দোকখি ॥

২। খন্নাংবা পুন্নাবি নৈনরোল অসি ফোংদোক্কবগীদমক চে লৈনবগীদমক। পুকচেল চাওরবা লংত্থম মমাং লৈকাইদা লৈবা হিদাম দেবেন্না মতম খরা লুপা লিসিং অমা সেন্দোই লৌবিদনা থংবিখি। অতুগা লাইরিক অসি ফোংদোক্কবগীমদক তাং ১৩।৪।৯৩ ইংদা লুপা চনি তেবা'বিরকখি ॥

৩। হুণ্ডপোক থৌথি লুপকি থৌপুলেন চোংথাম বিরেন লংত্থম মনিং লৈকাইদা লৈবনা চেন-চোংবা অমদি খবর চেফোংগী শেঙ্গংগী থৌদাং পুথোকপগী মথক্তা তাং ৮।৪।৯● ইংদা লুপা চামণ্ডা পুথোক্তুনা থৌদাং য়াখি।

৪। তাং ১০।৪।৯৩ ইংদা বামোন কম্পু কোনথাম লৈকাইদা লৈবা কোনথাম কুমার (মোইরাংচা) হুণ্ডপোক থৌথি লুপকি থৌপুলোইনা লুপা চামণ্ডা পুথোক্তুনা থৌদাং য়াখি।

৫। তাং ১২।৫।৯৩ ইংদা নমবোল নাওরেমদা লৈবা চোংথাম নিলো থাবা ঙানবনা লুপা চামণ্ডা পুথোক্তুনা থৌদাং য়াখি ॥

৬। তাং ১২।৫ ৯৩ ইংদা মৈতৈ/মীতৈগী অসেংবা পুয়া/লাইরিক খনগংপা লুপকী য়াইতোংবা হুইদ্রোম লৈকাইদা লৈবা ইরেংবম লুখোইনা লুপা চামণ্ডা পুথোকপিত্থনা থৌদাং য়াবিখি

৭। তাং ১০।৪।৯৩ ইংদা থোংজু পার্ট টুদা লৈবা সমজেৎসাবম বাবু হুণ্ডপোক থৌনি লুপকি থৌপুলোইনা লুপা চহুম পুথোক্তুনা থৌদাং য়াখি।

৮। তাং ১২। ৫। ৯৫ ইংদা বামোন কম্পুদা লৈবা মুঙপোক থৌথি কাঙলুপকি থৌপুরোই ঐলাংবম থোইবনা লুপা চনি পুথোক্লুনা থৌদাং য়াখি।

৯। তাং ৭। ৪। ৯৩ ইংদা লংতুম মনিং লৈকাইদা লৈবা চোংথাম ইবোমচা মুঙপোক থৌথি লুপকি থৌপুলোইনা লুপা চামা পুথোক্লুনা থৌদাং য়াখি।

১০। তাং ১২। ৪। ৯৩ ইংদা লংতুম মথা লৈকাইদা লৈকাইদা লৈবা কাংঙবম বীরা সেন্নোই হঞ্জবানা লুপা চামা পুথোক্লুনা থৌদাং য়াখি।

১১। তাং ১৬। ৪। ৯৩ ইংদা কোন্থুং লম্পাক মন্নুংদা লৈবা ময়াংলম্বম মঙান্না (চেন্দ্রসিং) লুপা চামা থৌদাং য়াখি।

১২। তাং ১৮। ৪। ৯৩ ইংদা, শগোলবন্দ নেপ্রা মেঞ্জর লৈকাইদা লৈবা নেপ্রম বিহারি লাইনিংথৌ টেম্পল বোর্টকী এক্সিকুতিব অফিসারনা লুপা চামা তেংবাংবিরকখি।

১৩। তাং ১৮। ৪। ৯৩ ইংদা থৌবাল ৱাংমা তাবা লৈকাইদা লৈবা হুইরোংবম ইবোতোম্না লুপা চামা তেংবাংবিরকখি।

১৪। তাং ১৯। ৪। ৯৩ ইংদা ডাইরেক্টর ওফ আর্টস এণ্ড কলচর সুপারিণ্টেণ্ডেন তেরা কৈথেলদা লৈবা শাপম ভগ্যাসিংনা লুপা য়াংখৈ (৫০) তেংবাংবিরকখি।

১৫। তাং ১৯। ৪। ৯৩ ইংদা কাক কৈথেল মথাদা লৈবা য়াঙ্গোইজম পীবা চুরাচান্দ হাইস্কুল হেড ক্লাকনা লুপা য়াংখৈ তেংবাংবিখি।

১৬। তাং ১১। ৪। ৭৩ ইংদা খুরাই লাইরিক য়েংবম লৈকাইদা লৈবা অখাম রবীচন্দ্র, মোরডন কোলেজ রিটয়ার প্রিন্সিপালনা লুপা চামা তেংবাংবিরকই।

১৭। তাং ১৪। ৪। ৭৩ ইংদা উরুপ লিতান মখোংদা লৈবা মুণ্ডপোক থৌথি লুপকি থৌপুলোই সেরাম যুগিন্দ্রোনা লুপা চামা তেংবাংবিরকখি।

১৮। তাং ২৫। ৭৩ ইংদা থৌবাল রাংমা তাবা লৈকাইদা লৈবা থৌবাল কলেজগী ওজা ওইরিবা লৈশাংথেম বীরনা লুপা চামা তেংবাংবিরকখি।

১৯। তাং ২৬। ৪। ৭৩ ইংদা কোদোম পোকপীদা লৈবা স্বামহি টেম্পল বোর্ডকী থৌপুলোই কাংজম বিধুনা লুপা য়াংখৈ তেংবাংবিরকখি।

২০। তাং ২৬। ৪। ৭৩ ইংদা থাঙ্গা ওইনাম খুলেন্দা লৈবা নিংথৌজম কুলচন্দ্রনা লুপা তরা তেংবাংবিরকখি।

২১। তাং ২৬। ৪। ৭৩ ইংদা থাঙ্গা খুলেন্দা লৈবা ওইনাম খোইদ্রমনা লুপা মঙা তেংবাংবিরকখি।

২২। তাং ২। ৫। ৭৩ ইংদা হিয়াংথাংদা লৈবা মাইসিনাম ইবোবনা লুপা তরা তেংবাংবিরকখি।

২৩। তাং ১০। ৫। ৭৩ ইংদা পিশুম থোংখোংদা লৈবা ইম্ফাল কলেজগী ওজা ওইবিরিবা লাংপোকলাকপম ভগ্যচন্দ্রনা ডাক্তরেৎনা লুপা চনি মতেং পিবিরকখি।

২৪। তাং ১১। ৫। ৭৩ ইংদা খুরাই নান্দেবম লৈকাই (শল্লান থোং মনাক) সাইরেম নীলবীর, সেলেকসন গ্রেদ লেকচরর, দিঃ এমঃ কলেজ ওফ আর্টস এন্দ কমর্স ইম্ফালনা লুপা চামা তেংবাংবিরকখি।

২৫। তাং ১১।৫।৯৩ ইংদা নিংথেম পুখ্রি মখা লৈরক্তা লৈবা
ভিজম নোংলেনবনা লুপা য়াংখৈ তেংবাংবিরকখি।

২৬। তাং ১১।৫।৯৩ ইংদা রাংখৈ লোরেম্বম লৈরক্তা লৈবা
করাম পাকচাওনা লুপা কুন্থ্রা তেংবাংবিরকখি।

খম্নাংবা ইরেংবা পুরারি নৈনরোল অহানবা তাংকক অসিবু পুথোকপগী মতাংদা মরুপ মপাং খৈবিকপু রারি শান্নবা মতম ফংহৌদবগীদমকপু মীয়াম্না ভাকপাগনি। মথংদা অনিশুবা তাংকক পুথোকচরকপা মতমদা থৌদাং য়াবিনবা থোং লাওনা হাংদোকচরি। মুণ্ডপোক থৌখি কাঙলুপকি পন্থুংবু সৌগৎপিরিবা মথক্তা পঙ্গরিবা মিং অমদি লেফম হাপচরিবা মফমসিং অসিদা অতুগা লাইনিংথৌ মামহি লোইশং হয়িং খোংবান্দা খম্নাংবা ইরেংবা পুরারি নৈন-রোলগী অহানবা তাংকক্কী লাইরিকসিং ফংবিগনি।

খম্নাংবা ইরেং পুরারি নৈনরোল অসি ফোংদোক্লকপদা ইপাই প্রেসকি কম্পোজিতর অরাম্বম অমুবা লুরাংনা চৎথোক চংশিন তৌবদা অইবগী প্রুফ ককপগী মতেং পাংবিখি। অতুগা ফেক্তিময়ুম ইবোচৌবা, হৈস্নাম য়ুগেশ্বর, খুঙ্গাময়ুম অমুচৌ, কম্পোজিটর মরিমক্না ময়েক শাবগী অচৌবা থৌদাং লৌবিখি। মেচিনমেন থিংঙোম প্রিয়োকুমার, শগোলশেম ইবোমচা, অনিনা মেচিনগী অরাবা থৌদাং লৌবিখি। প্রেস মেনেজর তুনগাজ মাইবম রাজেননা অসোই অঙাম কয়া য়েংসিনবিখি। কচেল চাওরবা ইপাই প্রেসকী মীওই-সিংগী মফমদা অইবনা শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিঙ্গরে। লোইননা তাইবংপানবা মপুগী ভাংলৌখাদা ইপাই প্রেস মতম কুইনা ইরৈপাক্কী চাওখৎ খোংথাং থৌদাং পিনবিনবা থৌনিজরি।

অইবা পুথোকচবা
অথোকপম য়াইমা লংজুম
মুণ্ডপোক থৌনি কাঙলুপ লুচিং পুরেন

# ৱাম্নাং য়ানবা ৱাহৈ খরদং

মালেমদা লৈলিবা মীওইবা খুন্নাইগী মচুংদা কাংলুপ অমগী হৌরকলোন অমদি চংনলোন ৱারী শিংবুন লৈরকপা কয়া কুইরবগে হাইবা খংগে হাইদবদি ॥ কাংলুপ অদুগী হৌরক্লোন ৱারী ৱাতাই মগুং তানা নৈনদুনা য়েংবা তাই ॥ লমদমসিগী হৌরকলোনবু তাকলমলিবা ॥ খন্নাংবা পুৱারি অচেৎপা ॥ ইরেংবা পুৱারি লমদাংসা । পাথাংকোক্লা হাইরম্বা পুখাংকোক্লা সিন্নরম্বা পুৱারিগী লিক্রম কুপসিন্না নৈনরুবা তারবদি ॥ ঐখোই অসি মালেমগী মচুংদা লৈলিবা মীওইবা কাংলুপকি মচুংদা খ্বাইদগী লিরবা কাংলুপ অমনি হাইবদা হাইমনবা ওইনা থোকলোই ॥ ৱাবি লিকলম অসিবু খন্নারম্লাবা ॥ চিংগুলাইগী মতিক ময়াই খংলবা ঈপু ঈপাসিংগী লাইরোন পথাপ অসিবু থুগাইদুনা য়েংলক্লবদি । ঐখোই অসি লাইগা থংনা তাইনবা মচা মগুনি হাইবদা হাইমনবা খোকলোই ॥

খন্নাংবা ইরেংবা পুৱারীগী লিক্রম অসিগী হৌরকলোন্দা হায়রানবদা মীওইবগী লমচৎ থকসি-খাসি-অফবা ফত্তবা মরম হায়রা তাকই । মথংদা মীওইবগী হোৎনবগী পৌনা তাকই ॥ মথংদা তাইবং পান্বা সেম্লকনবা খোন্থাং ৱৈরকপা খোন্থাংদগী চুমিথাং থনব । অবিনুম সানা মথংদা নাওয়োম পুথোকপা । মীতৈ/মৈতৈ ময়েক পুথোকপা ॥ মীওইবগী চহিগা লাইগী চহিগা চাংদম্নবা ॥

তাইবং পানবা সেম্নবা থৌরাংবা ॥ থবি ময়ুমদগী লাইনিংথৌ লাইরেম্বী পুথোকুনা মমিং থোনবা ॥ মথৌ তাকপা মমা ৭ পুথোকপা অতিংকোক্লা অপকমা পুথোকপা ॥ হোইরৌ হয়া পুথোকপা ॥ মীওইবগী সকতম পুথোকপা ॥ অতুগা মালেম সেম্নবা থৌরাংবা ॥ মকু পুথোকপা ॥ অতিয়ানা লৈসেম্নবা লাই-সোন ৫ তম্বা ॥ নোংথৌ মমি লাকপা। নোংথৌ চহি পু-থোকপা ॥ লাই পাখং ৭ হুমলেন পুথোকপা ॥ মালেমগী সিংকাপ সালেং য়াংবা পুথোকপা ॥ থেঙ্গু পুথোকপা ॥ লৈপাক-নিবা ॥ হারাবা পুথোকপা ॥ ঙাপ্রুম পুথোকপা ॥ নোংথাংলৈমা পুথোকপা ॥ হারাবগা পাও লৌনবা ॥ মালেম লৈরোন অমা সেম্বা ॥ নোংথৌ মরোল অমা সেম্নবা চহি পুথোকপা ॥ পংফকসা খাচেংফকসা-সাতুনা লৈরোন ৯ নোংলোন ৯ সেমতুা ॥ থল্লাই নিংসা হোল্লিবসিংগী পোকপা হিংবা সিবা মশক ফোংদোকই ॥ লাই-তিন-সা-ঙা উ-রা-নাপি-সিংবি-লৈ-স্নুনচিংবা পুন্নমক পোক-লকপগী রাকম ময়েক শেংনা ফোংদোকই ॥

থল্লাংবা পুরারী অসিবু পাইসিল্লম্বনা হৌজিক পেলেস কম-পাউণ্ডদা লৈরিবা ময়াংলম্বম মঙান্না (চন্দ্রসিং) পাইরমই ॥ অতুগা থমলাংবা ইরেংবা পুরারীগী মনুংগী নৈনরোল পুথোক্লিবনা লংতুমদা লৈবা অথোকপম য়াইমান পুথোকচবনি ॥ নৈনরোলগি ফংকম থোকপা পুন্নমক নৈনরোল পুথোকপগীনি ॥

মতাং অসি নিংসিংবা য়াই ॥

ময়েক লাইচৎ পুয়া থম্বীরম্বা ॥

সেরাম নিংথৌ উরুপ ॥

হৌজিকতি চইত্তপ থোকপা ১১ হাইকে ।। কারি কারিস্নুং লইতারিঙ্ইতা আসিনা লইএ ।। আসিতগী হ স্নু ক স্নু থোকএ ।। হ স্নু ক স্নু আমা তানে ।। ১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭ ৮ ৯ ১০ ।। ৪ স্নুবা অসিতি ।। ৩ আসিতাকি থোকলেঙতোগা থরাইতি মানে ।। ময়েক পুমনামকি থরাইতি মানে খঙতো ।।

---

নৈনরোল— হৌজিকাত ঐখোইনা করিগুম্বা ময়েক অমা ইবা মতমদা কোলোম মচিন অত্থু নমলগা কোলোম মচিন অত্থু শং-থোকখিবা মতমদা মরিক অমা লৈহৌই ।। মরিক অত্থুবু কুরুস্নু কৌই শুনস্নু কৌই অতিংকোকশু কৌই ।। নোংথো সাইরোং মরুশু কৌই ।। হালেন হানবশু কৌই ।। মাহাকতি মমিং অরেপ্পা লৈতে ।। মরু হায়বস্নু মহাকপুনি ।। অপুনবা হাইবশু য়াই ।। মাঙোন্দগী ইন্তোকখিরগা লৈয়ি কৌখিরে ।। লৈয়ি অত্থুনা থেক কোনখিরগা মমিং হোংখিরে ।। লৈয়িসিং অত্থুনা পুন্সিল্লগা ময়েক অমদি পোৎসক্কি মমিং হোংখিরে ।।

## পুন্না পাবগী খুংচৎ

ইপু ইপাসিংনা থঙ্নারম্লিবা পুন্নাসিংগী রাহৈ রাতাসিং অমদি ময়েক্কি খোনথোক্কি ।। ময়েক অমত্তা নাইতোম লৈরিঙৈগী মতমদা ময়েক্না খোন্থোক্কি ও-গী খোন্থাং পিনা পারকই ।। ময়েক ১গা ময়েক ১গা পুন্সিন্দুনা রাহৈ রাতা সেমলকপা মতমদা থরপুনগী অরুম অয়াং শিজিন্নত্থুনা লাকখি ।। ময়েক অমদা ঙঃগী খোন্থাং পিত্থুনা অরুম্বা খোন্থাংদগী অয়াংদা খোন্তাং ওন্থোক্লকপদা অকার চৈতপ হাপ্তুনা সিজিত্থুনা লাকখি । অত্থুগা রাহৈ রাতাগী মরম

চানা মচেৎ ময়েক্কা থংনরবস্মু অকার লৌখোক্তুনা তায়াংবা ৱাহৈ সিজিন্নহুনা লাকখি। অমনা কঃ গী মহুত্তা গ-না সিন্দুনা পঃগী মহুত্তা বঃ না সিন্দুনা লাকখি চৈতপ ময়েক মপুম ময়েক মচেৎ ময়েক মখল অহুম অসি পুন্সিন্দুনা ৱাহৈ পরেং সেমলিবা অসি। মফম মতম মরম অহুম অসিনা তাইবং পানবগী নাওয়োকপগী ম্না।। ঐখোইগী লোনগী কাংলুপ অহুমনা পুল্লগা সিজিন্নহুনা লাকখি।। মাসিবু খরপুন তম্বা হাইনা খংনহুনা লাকখি।। ময়েক লাই-চৎকি অরোইবা শরুক্কী ৪ স্মুনা অসিতি অহুম অসিদগী থোক লেঙদবা থারাইতি মানে।। হাইরিবা ৱাহৈ অসিনা ফোংদোক-লিবদি চৈতপ ময়েক-মপুম ময়েক-মচেৎ ময়েক মখল ও অসিদগী হৌজিক হৌজিক পুরাসিংগী লমাইদা ইহুনা সিজিন্নরিবা মসিং ময়েক পাথোকখি হাইনা ফোংদোকপগীদমকপু মরিক্সুবা অসিদি অহুম অসিদগী থোকয়ি হাইরম্বনি।। হৌজিক পুরাগী লমাইসিংদা ইহুনা চৎনরিবা অঙ্ক মসিং অসি বেঙ্গোলিসিংগী অঙ্কদগী তাং-লুবা নত্তে ময়েক্কী খোন্থোক্তগী ও-গী খোন্থোক চংলিবা অসিগ্যু বেঙ্গোলি মচাদগী তাংলুবা লৌতে। মালেমদা লৈরিবা থরাই নিংসা তোল্লিবসিংদা মহৌসা লাংরৈনবা চাংয়ান্ননা পিনিখিবা খোন্থাংদি, এ. ও. আ. ই. উ হাইবা খোন্থাং ৫ অসিদি কনা ১না কনা ১গী মপান তাংনদবা খোন্থাংনি।। মপু নাইবা য়াদে।।

লোনগী মতাংদা লৈপাক অসিদা থুরাই লোন, ৱাংখৈলোন, খ্বাইলোন, য়াইস্কুল লোন, চকপা লোন, মঙাং লোন, লুৱাং লোন, অঙোম লোন, মোইরাং লোন, খাবাঙানবা লোন সরাং-সাংলোন, হাইহুনা লোন ১২গী য়াওল কয়া সিজিন্নহুনা লাকখি।।

লাংথোকচবা :— নুঙপোক খৌথি কাংলুপ
লুচিংপুরেন
অথোকপগী য়াইমা লংজম।।

# খমলাংবা পুরারি

## অহানবা তাংকক

লাইনিংথৌ তাসুপপা ।। লাইগি নিংথৌ থোইখোইবা ।। নাতিকপু ঙমখৈ লৈতাবা ।। নাঙাল আলাপাপু ।। য়িখুং তারা মানা ।। খুরুমনা য়িজাকে ।। মায়েক মাখোং ।। চৈতপ-পোতপ ।। তারাপা চাকচা ফিসেং ।। নাচু-নামেন ।। নামিং-নাথা ।। সুক্তে হাইতানা ।। তাথিপিকুনো ।। লাইরিক অসি পারাবা মীতি ।। আহৈপা মাতিক খংবা ।। মীনা পাঅো ।। মী মাপুক ফংতাবা মলিন চুমতাপা ।। আহৈপা মাতিক খঙতাবা ।। মীনা পারাপাত্তি মাহাক বুংকুম তুমঅো ।।

নৈনরোল—মথক্কি রাফম অসিদি তাইবং পান্বা মপুদা সৈথাজবনি । অতুগা মথক্কি য়িরেংবা পুরারিগী রাহে-রাতা অসিনা ইপা ইপু-শিংনা সিজিন্নরমবা য়ুমফম অতু থুগাইরবদি ইপা ইপুসিংগি মতিক ময়াই হনথখিগনি হাইবা ।। রাথনন মাংদা খমলগা ইরেংবম ওজালুখোইনা মথক্কি য়িরেংবা পুরারিগী রাহৈ রাতা সেমদোক কনুসি হাইনা তাকপিরকপদগী সেমদোকচদরে ।। অতুগা নৈন-রোনদনা চোংথাম লিলো থাবনা হান্নগী রাহৈ রাতাসিং অসি লুমনখিবনা হৌক্তিক্কি মীরোন্না পাবদা রানা থোকপদগী মতমগা চান্নবা হোংদোকসি হাইবদগী নৈনরোলদা লাইথোক হনবনা চুমলগনি হাইবা রাথনদগী হোংদোকচরে ।।

## থমলাংবা পুৱারি মী ফত্তবাগী লমচৎ তাকপা

ফৎতাবা মী কৌপাতি ॥ মাম্মা মপাবু কিতাপা ॥ মায়ামপা-মাচেমপু ॥ থারোইতাবা ॥ য়িমকি পিপাবু কিতাপা ॥ লোইসঙকি হলচাবা-হিতংপু কিতাপা ॥ মাথককি আহলপু কিতাপা কইলুং সেলুং ॥ পুখারল নোংথাল ॥ নীংথোনা চানবা মীবু কিতাবা ॥ লইপাক কোইপাপু ॥ লমচাইতাবা ॥ নিংথৌবু মিথাদাবা ॥ কুলুনা তাকপিবা য়াথংবু লেপতাবা ॥ সামুবু মানা ঙমগাদবা-কুম নিংবা ॥ মাতাও মীলুপকা হাইনাপা ॥ য়াথংপু হেনথোকপা মাতুবু লঙজাবা লৈতানা য়্ৰেবা ॥ মাৱা লইবা নুপিবু কৌনাবা ॥ য়িম মই থাবা ॥ য়ুমফম মুনপা ॥ লৈপাকপু ফৎতে নিংলাপা লোরু মুনবা ॥ মইয়িশিংবু থুনামলে নিংলাপা ॥ মাচিনতাকি মীবু মাঙহলকে নিংলাপা ॥ আহৈপা মীবু হৈতে হাইবা ॥ হৈতাবা মীবু মরুপ ৱোইপা ॥ মীকি লৈতাবাবু লৈয়ে হাইবা ॥ মাগী আরৈবাবু লৈতে হাইরাবা ॥ মী আতুসিংগি মাখুৎতা থোংলা-পাতি ॥ মাহাক ৱুৎকুম তুমমো ॥

---

নৈনরোল— ফত্তবা মীগী লমচৎতি শিথিরবদসু-হিংলিভৈদসু মীওইবা অমদি থৱাই নিংসা হোল্লিবসিংনা তাথিনবা ওইয়ে ॥ অতুগা লাঙ্গরিক অসি পাবগী মওংদি । ৱাহৈ পরেংগী মতৌ য়েংলগা ক-গী মহুৎতা গ না শিনবা প-গি মহুত্তা ব-না সিনবা অতুগা অকার লৌথোকপা য়াবা মফমদা অকার লৌথোকনা সিজিন্নপনি ॥ কৌনবা হাইবগি মহুৎতা কাউনবা অমনা অরোনবা মরি লৈনববু থংনগনি ॥

## মী অফবগী লমচৎ তাকপা

মী আফাবা কৌবাতি ।। মামা-মপা-মায়াম্বা ।। য়ুমকি পি-পা আসি খৈপিকপু ।। লাইকুমনা নিংলাপা ।। লোইসঙকি ।। আহল খৈপিকপু ।। লাইকুম উরাপা ।। কৈরুং-সেলুংপা নিংথৌনা য়োক-চাপাবু ।। খুৎথুপ ৭ চাইরাপা ।। পুথারনবোংথোন-লইপাক কোই-বা অয়ামপাবু খুৎথুপ ১৯ চাইরাপা ।। সামুবু কিনা নিংলাপা ।। লম ১৯ চাইরাপা ।। নিংথৌবু লাইনে নিংলাপা ।। কুলুনা তমপিবা য়াথংবু ।। লেপনা নিঙচারাপা ।। মাতাও লমলোইকা হাইনপা য়াথংপু হেক থোংতাপা ।। হেননা ফাথি সেৎপা ।। হাওনা চমফুৎ চাবা ।। সেংনা লাইপু নিংপা মী আতুকি মাথুৎতা থোংনা পারা-পাতি ।। সানাগী মাথক্তা তমফা থিনবগুমবানে ।। হে মীরো আফাবা আথোইবসিংও ।। হলচিল হলচিল পাও ।। পুক্লিং পিয়ো ।। খমলাংবা পুৱারিনে ।। য়িলেংবা পুৱারিনে ।। পাথাংকোকনা তাকলমবা ।। পুথাংকোকনা শিননরমপা ৱানে ।। চিংখোং পোইরৈ-তোন মইকুম মুৎতাবা ।। তুরেন মোংবা য়িকুম তৎতাবা ৱানে ।। চিঙসাং খোইনহিকুম থুম থোইবা ৱানে ।।

নৈনরোল— মথককি মীরোইবগী লমচৎ অসিবু ঙাকপা ঙম্না চৎলিবা ।। মীরোই মপোকসিংদি ।। হিংলিঙৈস্তু-সিখিরবদস্তু মী-রোইবা থুননাইসিংনা মাহাকপু অফবা রোইনা সিংধানববু ।। মপোক য়াইফবা কৌয়ি ।। মাহাককি লৈজবা মফি মরোল অহুবু শুদোক-চামথোকচহুনা নোংমগী মীয়ক তিনবদা নীগী মপোৎপু ৱাইরুদনা

মীয়াম তিনবদা য়াওজরিবা মীরোইসিং অদুবু হেন্না কাথি সেংপা কৌয়ি ॥ নোংমগী মহাক্কী নৈজবা খরা অদুনা মীওোন্দগী পুরুবা হংলুবা লৈতনা নোংমগী চরা নোংথন্নদুনা লেঙবা পুল্লিবু ॥ হাওনা চমফুং চাবা কৌই ॥ তাইবং পানবা হায়বসি ॥ মপু মহাক্না সেম্বদা থরাই পানবা অমনা থরাই পাম্বা অমবু য়োকউ হাইদুনা সিম্বা পিবিথিবনি হাইবা থৌরম মশক খংনা ॥ করিগুমবা থৌরম অমা পাংথোকপা মতমদা চংলিবা পোৎচাক হাইবদি ॥ হৈরাং লৈরাংনচিংবা থরাই পানবসিংদা অরা চৈথেং পিদুনা হেকলিবা অমদি থদৎলিবা সিংগাদমকস্থু । তাইবংপানবা মপুদা নাহাকনা সেম্বা ঙাক্তনি ॥ নহাকঙোন্দা কৎনবনি ॥ নাহাকনা পুমনমক অসিগীস্থু অফবা মফমদা রাইথুংহনবিয়ু হাইনা থৌনিজরিবা মী মহাক অদুবু সেংনা লাইবু নিংবা কৌয়ি ॥ হাইনা ফোংদোকলমলি ॥ অদুগা তাইবংপানবগী অথমবা হায়বদি । তাইবংপানবা মপু মহাকন অথমবা রোইরে হায়বগীদমকপু খমলাংবা পুরারি হায়বনি । মহাকঙোন্দগী ওসি ওসি ফাওবগী য়িচেন লেপনতা চেনথরকয়ি হায়বগিস্থু য়িলেংবা পুরারিস্থু কৌয়ি । রারি লিকলমলিখুন অসিবু মপা রোইবনা মচা রোইবদা তাকলম্বা রোইবদগী । পাথাঙকোক্না হাইরমবনি । য়িপা রোইবদা য়িপু রোইবা সিংনা সিননরমবদগী । পুথাংকোকনা সিন্নরমবা রানি হাইনা ফোংদোকলমবনি ॥ চিংথোকথিবগী অরোইবা লৈতবগীদমকপু ॥ চিংখোং পোইরৈতোন মৈগুম মুত্তবা রানে হায়বনি ॥ মপানা মচাদা পাবা পাওতাকতি ॥ অতৎ অকাওবা লৈতনা শিবগীদমকপু

তুরেন মোংবা য়িকুম তংতবা রানে হায়বনি ।। মপা রোইহনা মচাবু অফবা লমচিংগনি হাইবগীদমকপু চিংসাং খোইয়েনহিগুম্বা রানে হাইবনি ।। মরম অসি লৈবদগী ।। লাইরিক পুয়া অসিগী য়িরমবা মী অমত্তগী মমিংদা পানলমদবনি ।। পাথাংকোক্লা তাকলম্বা পুথাংকোক্লা শিন্নরম্বা হাইবা রাহৈ অসিনা অয়িবা মশক ফোংদোকয়ি ।।

---

## খমলাংবা পুরারি

হৌচিকতি লাঙপা চক ঙইকী রাবু হাইকে ।। লাঙপা চককি মীতি ।। মারেপতি কাপ আমতা নাঙাইরে ।। মানাক্তি জুমাই মালম পাকয়ে ।। খামেন কৌলোং সুনা লামনা চারে ।। জুমি-থা-থরানপিচাক ।। খোংচোনজুপী অপাকমাসুং নেমথারকলে ।। জুমিৎলাথা আমাকি মাত্তিক সাইয়ে ।। লৈপাকসুং থাইপোক থাইপোক চিংথাইলে ।।

## থককি আহনসিংনা নৈনরমলবা
## লাঙপা চক মাসক তাকপা পুয়া
## সেরাম নিংথৌদগী মিতম লোন পুয়া

নোংপৌ সাম্নালেননা য়িখোই মীরোইবা থৈপিকপু ।। য়িরু জনঙইকী য়িমিংতি তারং কৌয়ে ।। লাইয়িংথৌ থাঙচিঙনা ।। মিংনাহাতা লাইঙৈকি ।। থাঙচিঙ মমিংতি ।। পিসাতাঔ কৌয়ে ।। অোই রোইলাপাতি ।। পিসানা কৌয়ে ।। হকতা চঙখি লাপাক্তি

পিসিনখা কৌয়ে ।। ৱোইসাপাতি ।। পিসান্নু কৌয়ে ।। থঙচিঙনা মীসেমঙইকি ।। কৌপাতি ।। পোংঙাচিং হে হে হে হে হে হে কৌয়ে ।। মী মমিংতি হুংঙাং তারং ঙাঙ কৌয়ে ।। মী রোইলাপাতি ।। নাঔপিসা কৌয়ে ।। মী মাসক ফারাপাতা কৌপাতি ।। ঙাঙ লেঙ কৌয়ে ।। নিংসাহোললাপাতা কৌপাতি ।। য়েহিং-অং -য়েং-হ-হুক মুং-মি-হিং ।। মু মারেক-য়ো অ হ কৌয়ে ।। মীনা ভাইপঙপালপা ।। ফাওরাপাতা কৌপাতি ।। লাংবা চক কৌয়ে ।। য়ুপাল থারাপাকি মাথৈ ।। মামিং আসি কৌয়ে ।। য়ুপাল থাতা-রিঙইতে ।। মামিং থোহৈতারিপানে খংঅো ।।

---

নৈনরোল—খমলাংপা পুৱারিতা লাংবা চক হাইনা ।। য়িরমলিবা অসি মীতমলোল পুয়াদা ।। তাইবং মীবু লাংবা চক কৌয়ি হাইনা ফোংদোকলি ।। অত্তুগা সাকোক লম্মলেন অমদি থিরেল-লা য়াৎলোন পুয়াদস্থ ।। হয়ি লাংবচক—হয়া লাংবচক—খুনুং লাংবচক —কোনন লাংবচক হাইহুনা ।। চক খুদিংগী মমৈদ লাংবচক হাইবা ৱাহৈ অম য়াওরিবা অসিনস্থ মীৱোইবগী মপোকপু লাংবাচক কৌয়ি হাইনা ফোংদোকলি ।

লাংবচকি মীদি মলেপতি কাপ অমত মঙাইরে হাইবদি ।। মীৱোইবগী পুনসিদ মসাগী মৱেপপু মসাগী কাপ অমতা ৱাংবা হৌনদে ।। পাওরো তৌরমবনি ।। হাইবদি মালেমদা লৈবিবা মীৱোইবনা কোৱো অৱাংবদা থোকলিবা ।। মুমিৎ-থাগী খোং-

চৎপু খংবা ঙমবগী দমকপু মরেপতি কাপ অমতা মঙাইরে হাইনা পাওরো তৌরমবমি ॥

মনাদি হুমাইমরুম পাকয়ে হাইবদি। লমদম অমদা তৌরিবা থবক অত্তুবু লমদম ১দা তাবা ব্রুবা ফংবা ঙম্লিবা অসিবু ফোংদোকপনি। থামেন কৌরোং স্নুনা লাম্না চারে হাইবদি॥ হৌজিক সেন্তি লাইয়িংনচিংবা সিজিন্নরিবা অসিবু তাকপনি মুমিৎ-থা-থরাইমিচাক। খোংচোমমুবি—অপক মাস্থু নেমথরকলে হাইবদি ॥ মীরোইবগী হোৎনবা থৌনাদগী মীরোইবনা থাগী থোকফম য়ৌনা চৎপা ঙমবা অত্তুগা থরানমিচাককি খোংচৎনাচিংবা খংবা ঙমবা ॥ অত্তুগা অপক মাস্থুং নেমথরকলে হাইবদি ॥ পী-পা অনিনা লিপকনরগা চাতা নাওত্তাত্নুনা তাইবংপানবা সনতোকলকখিবা অদুগী মহুৎশিন্দুনা মরু লৌরগা চাদা নাওদাবা ঙমলকলিবা অসিবু হাইবনি মুমিৎ লাখা অমগী মতিক সাইয়ে হাইবদি ॥ মীরোইবনা অমনা অমবু থানারকত্তববু ॥ হাইবনি॥ লৈপাকস্থুং থাইপোক-থাইপোক চিংথাইরে হাইবদি ॥ লৈপাক অমগা লৈপাক অমগা মুংশিন-রকতববু হাইবনি ॥

---

## খমলাংবা পুরারি

লাংপা চককি ॥ মীনা সা-ঙা-নাচিংনা ॥ তিল-কাং-নাপি-শিংপি ব্রু-ব্রা ॥ আপকমাস্থুং ॥ ঙমনা মাংখিরে ॥ মুংসিৎ আকনপাস্থু লাকলে ॥ মুমিৎ-থা-থারানপিচাক ॥ খোংচোনমুপি ॥ অপকমাস্থুং মাংখিরে ॥ চিংমাল আয়ামপাস্থু তুমখাইরে ॥ লাংপা

চককি মইনা মাচি-মাচি আমালককি হৌনা চাকসিললকলে ।। লাই আয়ামপাস্থং মাংলে ।।

---

নৈনরোল—লাংবচককি মীনা ।। সা-ঙানচিংবা ।। তিল-কাং-নাপি-সিংপি রূ-রা ।। আপকমাস্থং । ঙমনা মাংখিরে হাইবদি ।। মীরোইবগি খুংসেমনা মহৌসাদাগি লৌ পেংনচুনা লাকলমবদগি ।। নাপি-সিংবি হাংনবা হিদাক পুথোকতুনা ।। মাংহনবা ঙম্‌লে । মুংশিং অকনবাস্থং লাকলে হাইবদি ।। মীরোইবা অমনা মাংহননবা হোংনববু হাইবনি ।। নুমিং-থা-থরানপিচাক খোংচোননুবি ।। আপকমাস্থং মাংখিরে হাইবদি ।। মীরোইবনা লাইনি হাইনা খন-নরমবাসিং অতু মীরোইবগি সিজিন্ননবা পোংচাকতা আনথোক-পাবু হাইবনি ।। চিংমান অয়ামবস্থং তুমথাইরে হাইবদি ।। মহৌসা কৌবা লাইবৈমাগী খুংসেম থুগাইরকপবু হাইবনি ।। লাংবচককি মৈনা মচি মচি হৌ । চাকসিনলকলে ।। লাই অয়ামবস্থং মাংলে হাইবদি ।। মাংলমচংকি অহনসিংনা লাই রোইনা নিংলমবসিং অত্থবু হৌজিকতি ।। মীরোইবগি সিজিননবা পোংচাক রোন-থোকলকপবু হাইবনি ।।

---

## খমলাংবা পুরারি

লাই নামুংপা আহুমমা য়িমা য়িমা কৌনা চেললে ।। লাই আমাংতি ।। মহুনা ফংলে ।। লাই অনিমানা য়িমা য়িমা কৌনা চেললে ।। লাই আমানা চেলপা ঙমতালাতুনা ।। লাই অমাকি

ম্নাওকত্তা লিক অোইনা সিচিললে ॥ লাই আমা আতুম্নুং য়িমা-য়িমা শাওনা চেললে ॥ চেলপা আতুপু তাইপংপালপা মাপুনা ৱুরে ॥ আতুকা তাইপংপালপা মাপুনা কুমলকতুনা ॥ লাও-লাও কৌতুনা মাফম আমাত্তা লোংসিনপিরে মামিং হুঙ কোয়ে লেপনা খঙঅো ॥

---

নৈনৱোল—মৈ-য়িসিং-নুংসিংপু। মাংলমচংকি অহনলিংনা লাইনি হাইনা- নিংনৱমবা অত্থু হৌজিক মতমদা মীৱোইবগি সিজিননৱিবা পোংচাক ৱোইহনবদগী। মৈ-য়িসিং-নুংসিংপু ॥ লাইনামুংবা হাইনা পাওৱো তৌৱমবনি ॥ মীৱোইবনা অসাবদগী মৈ থোক-লকয়ি হাইবা থংবদগী ॥ লাই অমদি মৈনা ফংলে হাইবনি ॥ লাই অনিমকনা য়িমা ২ কৌনা চেললে হাইবদি ॥ য়িসিংনা লৈচিন ৱোনখিতুনা ॥ লৈচিনা নুংসিংত্তা তিনখিববু ॥ লাই অমনা মঙকত্ত লিক অোইনা সিজিললে হাইনা পাওৱো অোইনা তাক-লমবনি ॥ নুংসিংনা খোনথাংদা তিনসিনতুনা খাংখিববু ॥ মমিং হুঙ কৌৱে হাইনা পাওৱো তৌৱমবনি ॥

---

## থমলাংবা পুৱারি

লৈপাক মাৱোল ৯ মাম্নুং ॥ নোংথৌ মৱোল ৯ মাম্নুং ॥ মই য়িসিং-নুংসিং লৈপা খৈপিকম্নুং মাংখিরে ॥ তারং ৱানা ঙানলে-তারং ৱোইরে ॥

নৈনরোল—মীরোইবগী থোরাংনা লৈপাক মন্নুংদগী অমদি কোরৌ অরাংবদা লৈরিবা হি-য়াইসিংবু ।। থিজিনহুনা পুথোকলগ সিজিন-নবা ওমলকলবা মতম অসিদা লাইসিংবু থৌসাদবা মতমবু তরুং রাঙাংবা কৌয়ি ।। তরুং আোইরে হাইবনি ।।

---

## থমলাংবা পুরারি

হৌচিকত্তি ।। তাইপং পানপা ।। শেমলকওইকি রাপু ফাওনা ফাইকে ।। তাইপংপানবা মাপুসিত্তাপানে ।। আতিং কোকনে ।। আমমপানে ।। লাইসিত্তাপা আহুমমাতি ।। লৈপাক নোংথৌ ।। মই-য়িসিং-নুঙসিং ।। সাচিক-থাপা ।। নুমিৎ-থা-থারালপিচাক ।। খোংচোন নুপি ।। লাই থৈপিকনা মাংলাপান্নুং মাংতাপা লাইনে ।। কাসা নোংথৌ সাইরোং মরু কুমপা ।। অতুমপা-আফুনপা ।। লৈপা খৈপিক অসিনা ।। হুও হাইনা কনচাওরে ।। অুম হাইনা মপুক নিংসিংলকলে ।। তাইপংপানপা অসিপু ।। সেমকে হাইনা নিংসিংলকলে ।।

---

নৈনরোল—তাইপংপানবা ।। মপু সিদবা হাইবদি ।। তাইবং পানবা পুমনমকপুঁ।। মাংদনবা অমদি মাংহন তাকহনদনবা কুয়োম আোইনা য়োমসিনহুনা ঙাকসেনবিরিবা অহুবু ।। মাপু সিদবা কৌয়ি ।। অতিংকোক হাইবদি ।। মসক রুবা ওমদবা থরাই য়াইপিলেনবু ।। অতিংকোক কৌয়ি ।। অমমবা হাইবদি ।। তাইবং পানবা মীওইবগি মীৎয়েংগী রাংমদা লৈখরবা ।। রাথনগি পোমিৎনা

থিরকপা অতুবু ॥ অমমব কৌয়ি ॥ অমনা মহৌশাগী খুৎসেমদনা ॥ মফম-মতম—মরম—অহুম অসিনা তাইবংপানববু য়োমতুনা থমববুস্লু ॥ লাইসিদবা-মাংদবা কৌয়ি ॥ লৈপাক নোংথৌ-মৈ—য়িসিং-হুংসিং সচিক-থাবা-হুমিৎ-থা ॥ লৈবা খৈপিকনা মাংলবস্লু ॥ মাংদবা লাই কৌবদি ॥ মফম-মতম মরম অহুম অসিবুনি ॥ কসা নোংথৌ সাইরোং মরুগুমবা ॥ অতুমবা অকুনবা কৌবস্লু মরম অহুম অসিবুনি ॥ মরম অহুম অসিদগী থোকলকপা অকনবা খোনথাং পুথোকলমবদগী হনথরকতুনা তপথরকপবু ॥ অুম হাইনা নিংসিংবা কৌয়ি ॥ রাখল লৈতানা থনতুনা ॥ তাইবং পানবা সেমলগা তাইবং কুমৈ পুথোকনবা থৌরাং তৌববু ॥ তাইবং পানবা অসিবু সেমগে হাইনা নিংসিংলকলে। হাইবনি ॥

---

## থমলাংবা পুরারি

হেরে-মাকে—নেহে—কারে ॥ হানু-মীহে—হাসি-নারে-মা লে ॥ হসি-হসি-কালে-নালে-সহে ॥ মালু-কালে-হেলেত্তি-রুইতে-মিকিং হিং ॥ মীহিং চিংতেতে—চিংথেতে নপন্থু ॥ সিলিং কে থুপ লেং তানৌ সহা ॥ মীরিং সিলিং—সন নুলিং কায় ॥ লাতা-নোং—নিং -নোংতা-কাঙপিলু ॥ নুঙচিলেল—পুলিং-স-হা। রুইতে নুংতালেংপী সংথুপনু-অঙক-সিংলিং-কিলিং-নোংতা ॥

---

নৈনরোল—মথককী রাহৈসিং অসিব খোনথাংনি হাইবা অসি ॥ লাংপুম সেকনিং পুয়াগী মতাং নিংসিংবা য়াই ॥

অহলসিংনা নৈনখরাবা—লাংপুম সেরকনিং পুয়াগী রাহৈ ॥ ...খোইদৌদি কঙচাঔনে। মামিংদি কিলিং কৌয়ে ॥ আসিনা তিননাপা মাফমতি ॥ খৌনাঔতা ॥ তিননারে ॥ হাহৈপাকি লাংপুম কৌয়ে ॥ ল-না নাঔয়োম রোইরে ॥ মামিংতি পং-ফং-থং-সং-স কৌয়ে ॥ অসি সোলনা ॥ নারিকা সুক কালুককা থিংঅো ॥ খোইতৌ তমনা সোলচিনলো ॥ য়াকম লোৎপা ঙম-পানে। লৈমারেননে ॥ মাহাকতি থাংনে ॥ মীথৈপিক লোৎপা ঙমপানে ॥ মীং নাহাকি লমদেনতি ॥ কোকতা কুনলে ॥ মামিংতি অং-স-হ-কৌয়ে ॥ মিৎ চেংকুপ সিরোইয়ে ॥ মাহাকতি চানে ॥ লাইতি সানামাহিনে ॥ কোকতি মারোন ওমানে ॥ মাপাল থংপাতি সনকোম-আহিংপানে ॥ মামিংতি হ র-স কৌয়ে ॥ আমাতি আসংপা মাচুনে ॥ মামিংতি অ্‌ক-চিলিৎ কৌয়ে ॥ মায়াইতি আমুপা হিকোক মাচুনে ॥ মামিংতি তারংক কৌয়ে। অসি সোননা হিপঅো। মঙ মংলারোয় ॥

খোকচঙদি মামিং হ-র-স কৌয়ে। মারোন ১গী মাচুদি আসংবানে। মামিংদি র্‌কচিলিক কৌএ। মারোল আমাগী মাচুদি আঙৌবানে। মামিংদি র্‌ম-স-কৌএ। মায়াইগী মাচুদি আমুবা হিগোকনে। মামিংদি তারংক কৌয়ে ॥ মারোল আসিসুং মংলারোইদাবানে। মানুংদা থা-রাইনা লৈয়ে। আসিগী মানুংদা কুলুনা লৈয়ে মাচুদি আমুবানে। মাসিদি কনাগুম্বা আহল নাকতা ফমবাসিংদানা খংগাদাবানি। থমোই লাইয়ুমদা থারাইনা লৈয়ে ॥ থারাই মাহাকতি লৈমারেলনে থরাইনা নিংবা লাইদি নিংসা হোন্দোক হোনজিনবাদা সোল্লিপানে। থরাই

মাহাকতি লৈমারেননে ॥ থারাইনা নিংপা লাইতি। মামিংতি লহু-লহু কৌয়ে। আসিপু নিংনা লৈয়ে॥ থামোইকি মান্নুংতা ল-না লৈয়ে॥ ল-কী মন্নুংতা-মায়েক চামানিপালমা চঙয়ে॥ লৈমালেননা থুমনা থমলে॥ থমমোই কৌয়ে॥ আতুতাকি পুকনিং লৌসিং থোকয়ে॥ আতুকি লৈচংতি খুতোন আহুমকা মাচেং আমানি॥ মানা হোনপাতা থুংপাতি॥ মিংনাহা আনিমকতা থুণ্ডি॥ আহিং তুমপাতা থুংপাতি লুথম সনমারুম মানপাতা থুংলে॥ মামিংতি হ-রে-হ-রে কৌয়ি॥ লাই কৌপাতি আসিনে॥ কৌপাম্নুং তাপানে খংঅো॥ হাইনা থককি আহলসিংনা তাকপিরমলি॥

---

লৈনয়োল— খম্লাংবা পুরারিগী হে রে মাকে-তাকি... অঙক কিলিং সিলিং নোংতা॥ হাইবা অসি ফাওবগী রাহে অসিদি॥ তাইপং পানবদা লৈরিবা থরাই নিংসা হোল্লিবা খৈপিক্রা শিজিন্নরিবা খোন্থাংনি। হাইবা অসি মথক্তা হৌখিবা অহনসিংনা পুথোকতুনা থমবিরম্বা "লাংপুম সেকনিং" কৌবা পুয়াগী লিক্রম্না ময়েক সেংনা ফোংদোক্লে॥ লংপুম সেকনিং কৌবা পুয়াদা থমোইগী মন্নুংদা ল-না লৈয়ে॥ ল-গী মন্নুংদা ময়েক ১০৮ মা চংলে॥ লৈমরেন্না থুমন থমলে। থমোই কৌয়ে॥ হাইরিবা রাকম অসিনা ফোংদোক্লিবদি মী-সা-ঙা তিন-লাই হাইতুনা লৈরিবা খৈপিক অসিগী মসাদা থমোই হাইরিবা পোৎসক অসি লৈফম থোকয়ি। থমোইগী মন্নুংদা খোম্থাং লৈ অমদি লৈতে হাইবা অরেপ্পা খংবিনিংবা মীওইশিংগীদমক্তি থুং অনিমক্কি থুংশা অনিনা নাকোং অনিমক মেনসিলবদা থমোইদগী হৌরকপা খোনথাংসিং

অছু তাবা ফংলিবা অসি তাইবংপানবা অসি খোনথাংনা হাল্লি হাইবা ফোংদোকই। অসিদস্থু নত্তনা পুয়া কয়াস্থু লৈখরি। অতুগা মীতৈ মৈতৈ ময়েক্কী ওইবা মপুম ময়েকতগী মচেৎ ময়েক ওন-থোকখিবগী মরমদি ময়েক্কী নৈনরকপদা থমজরগে॥

---

## খমলাংবা পুরারী

আসি খৈপিকপু॥ নিংসিংলকতুনা॥ অকোইবা থাপিয়ুমকি॥ মাসক থোকলে॥ আকোইবা মাহাকতি মালুনে॥ তাইপং পানপা মাপুতি কুয়োমনে॥ মামিংতি অৈ-কোয়ে॥ মারাতি অতিং-কোক্কে॥ মামিংতি হং-কং-কৌয়ে॥ মালু আয়ামপানে॥ মা-মিংতি সং কৌয়ে॥ তাইপংপানপাকি মালু অকোইপা॥ থাপি য়ুমকি মাসক আতুপু॥ চুমিথাংকি মাসককুমনা॥ অনিমা অোই-না-কাইতুনা মাতোন চোংলে॥ মাতোম মাহাকতি সননচিং অোই-রে॥ মামিংতি চিং-কিং-লিং-মালুহিত্ত কৌরে॥ সানাচিং মাহাকতি অতিংকোকনে॥

---

নৈনরোল— অতুম্বা মরু অতুদগী খোম্লাং অতুনা য়েখাইরক্তুনা থবিয়ুমগী মশককুম্না মতোন চোংলক্লে॥ মতোন অছুদগী থরাইনা চোংখৎলকতুনা তাইবংপানব সন্দোক্লকপবু সননচিং কৌয়ি॥ তাইবংপানবদা সন্দোক্লিবা থরাইবু অতিংকোক হাইনস্থ কৌয়ি। তাইবং পানবা মপুবু অৈ কৌয়ি হাইবদি অফবা থৌরম তৌবস্থু ঐহাক্না তৌগদবনি। অছুগা ফত্তবা থৌরমস্থু ঐহাক্না পুথোকওন্থ-গীদমকপু ঐ কৌই হায়বনি।

## খমলাংবা পুরারি

সানাচিংকি মাখাতা আমমপা লৈয়ে॥ আমমপাকি মামিংতি॥ য়ুং সং-লেঙ-কৌয়ে॥ আমমপাকি মাথকতা॥ আতিংকোকনা লৈয়ে॥ আতিংকোককি মামিংতি হরিং স কৌয়ে॥ আতিংকোককি মাথকতা॥ তাইপং পানপা মাপুনা লৈয়ে॥ তাইপং পানপা মপুকি মামিংতি॥ অসন তারং হ কৌনা লৈয়ে॥ মাহৈতি স্নুননে॥ স্নুন মাহাকতি তাইপং পানপা মাপুকি ফমপিনে॥ মাসাতি স্নুননে॥ আতিংকোককি ফমপিনে॥ সানাতি অলচিনে॥ আমমপাকি ফমপিনে॥ নিংসিংবা খমলাংবা পুরারি নোংলোন ৯ কি আরোইপা নোংলোনতা॥ থারাই পিচাক নিংথৌ সিতাপাকি॥ মাপুক মামুংতাকি॥ ঙাচিং মামুকুম থইখংখিরে নোংনাংলেন-আখুপা কৌয়ে॥ অৈকি মাকম অসিতি॥ কানানা য়োপা ঙমলোই হায়না ঙাকচায়ে॥ আতুকি মাখৈতি॥ সারালেম আমমপা অচিপা॥ লাইনিংথৌ আথোইপা॥ মাথানকি মাঙালনা॥ মাহাকপু য়ুনা লৈয়ে॥ নোংকাচাও নোংনাংলেন আচাওবা কৌয়ে নোংলোন ৯ কৌপাতি আসিনে॥

নৈনরোল— মীংকী মীংয়েংগী য়াংমদা লৈগ্রবা রাথলগী পোমিংনা লাম্নগা ফংবা অমম্বগী মমুংদা থারাইনা লৈবনি॥ অলচিবু অমম্বগী ফমপীনি তাইপং পালব মপুগী মনানি হায়বদি॥ ঐখোই মীওইবা ঐখোয়সু পুক্নিংগী অমম্বা অসি নাকোংনা তারগা পুক্নিংগী অমম্বা কোকপা ঙম্মি॥ অতুগা নোংলোন ৯গী

অরোইবদা লৈবা সারারেন অমম্বা অচিবা লাইগী নিংথৌ অথোইবা ॥ মাথননকি মঙালনা মাহাকপু রূনা লৈবা কৌপাত্তি ॥ মীরোইবনা রাখল লৌসিং থোকলকতরবা মতমদা মীনা ঙাংবা তারগা পুকনিংদা ফাওরকপা রাখলগি মঙালবু ফোংদোকয় ॥ অতুগা কোরৌথকতা থোকলিবা চয়োল ৭ পুম্ব অনচিনি হাইনা তাকলমলি। অচিবগী অনচি হাইবা খোনথোক হোংলকখিবনি ॥ অৈখোইনা কনাগীসু মরোল তাংলুদে। মাসিদসু নৎতনা পুয়া কয়াগী লিকলমসু মখাদা লাকখিগনি ॥ মীতৈ/মৈতৈ ময়েকতি কোরৌ মালেমদগী হাননা লৈখিরবা ময়েকনি ॥

---

## খমলাংবা পুরারি

হৌচিকতি রারম অোনথোকপা অমা হাইকে ॥ তাইপং পানবা মাপু ॥ কুলুপু ॥ মতাককি মাপুঙ থোকনাপা হাইরককে। লাইকি পুকনিং নাহুম-নিংসা-মিকুপ ॥ পুঙ য়ুথক-নুমিৎ থা-চাহৈ-কুমসিং রোইনাপাপু হাইরককে ॥ তাইবং পানবা মাথকমথা ময়াই ॥ মারোন ৩ লৈপানে ॥ আহুম অসিতি ॥ চাহৈ অক আহুমক্কা লাখা তারুকনা ॥ চাহৈ আমাতা রোইনায়ে ॥ চাহৈ ৩০০০০ না থা আমতা রোইনায়ে ॥ চাহৈ ১০০০ ন নুমিৎ আমাতা রোইনায়ে ॥ চাহৈ ১২ কা থা ৮ কানা য়ুথক আমা রোইনায়ে ॥ চাহৈ ১ থা ৬ নুমিৎ ২২ নি ॥ নুমিৎ ১ কি কোং কাইনা পুঙ ১ লোইনায়ে ॥ থা ২ নুমিৎ ১০ নি য়ুথক ২ পুঙ ৪ কানা নিংসা অমাতা রোইনায়ে ॥ পুঙ ৬ মিংকুপ ২ নিংসা ২

নাহুম অমা রোইয়ে ॥ য়ুগক ১ মিকুপ ৮ নিংসা ২ নাহুমন ২না পুকনিং অমত্তা রোইনায়ে ॥

---

## লাশৎ লায়োল

লাশং লায়োল ইথোকপা চোংথাম ইবোয়াইমা মৈতৈ চংলনয়াংবী অমাইপুরেন ॥ অক্বোংবা মচা শ্যাম লমাই ৬০ গী রাফম ॥

পারি নংকি খোংচৎতি ॥ লোইত্তাম থাচ তারাকানিথোইনা কোরৌ নুমিৎ আমতনে। থাচ চামা কুননা কোরৌ নুমিৎ তারা-ডনে। থাসিংচা তারানিথোইনা। চহি কুমসিং অমা গুইনাঙৈনে। লোইত্তাম থাচা লাথা আমা লিশিং অনিনা চহি কুমসিং তারাতনে। চাহি কুমসিং অসি তারা মসিং অসিদা তরা কারগা চা কৌনাঙৈ-নে। চামসিং অসি তারা কারগা লিসিং কৌনাঙৈনে। লিসিং অসি তারাপু লাখা কৌনাসিনো লাথা অসি তারাপু লাটিং কৌনশিনো। লাটিং তারাপু লাম্নু কৌনসিনো। লাম্নু তারাবু লাকক কৌনশিনো। লাকক অসি তারবু লাঅক কৌনশিনো। লাঅক অসি তারাপু অক হাইনা মতোল-লোমলসিনো। মতৌ মঙং অম্নমনা রায়েন আয়ামপপু চিংঙু পুরৈ হলপনা নোং-তমপিরমলে ॥

---

নৈনরোল— মথক-মথা মায়াই হাইপাতি। কোরৌ— মালেমনা মথক মাথা অনি রোইরগা মালেমগী মথক। কোরৌগি মথাবু।

ময়াই কৌয়ি। মালেমদা লৈবা মীরোইবনচিংনা থরাই পাললিবা পুমনমকনা চৎনরিবা চহৈ মসিং অসি। চহৈ ১ দগী হৌরগা। অক অহুমগা চাহৈ লাখা চাতরুকনা। লাইগী চহি অমতা ওইনৈ হাইনা মথককি য়িপা য়িপুসিংনা। সিংথাদুনা লাকখিবনা। অক অমা হাইবা মসিং অসিমু। লাসৎ লায়োন কৌবা পুয়াদা চিংঙু পুরৈহলবনা ফোংদোকলমলবনা। অম অসি তরা সুরগা তরা কারে। তরা অসিনা তরা কারগা চা কৌরে। চা অসি তরা কারগা লিসিং কৌরে। লিসিং অসি তারা কারগা লাখা কৌরে। লাখা অসি তারা কারগা লাটিং কৌরে। লাটীং অসি তারা কারগা লানু কৌরে। লানু অসি তাবা কারগা লাকক কৌরে। লাকক অসি তরা কারগা লাঅক কৌরে। লাঅক অসি তারা কারগা অক অমা কৌরে। হাইনা ফোংলমলিবা অসিগা বেঙ্গোলিগী মসিং থিরিবা অসিগা চাংদমনরুবদা। অমা তরা-তরা-চা-লিশিং-লিশিং তরা—লাখা লাখ তরা কোটি কোটি তরা বৃন্দ অমা হাইবা অসিগা চাংদমনরে। অদুনা হৌজিক অৈখোইগী অক অহুমগা চহি লাখা ৬ অসি বৃন্দ ৩ গা লাখা তরুক রোইরে। মাসিগী অকুপপা মখা তাবা কয়াদি অখং অহৈসিংগী সরুকতা থমজখিগে। মাসিগী চহি খুংচৎ অসিনা হৌজিককী চৎনরিবা নুমিৎ ৩৬৫ পুং ৬ না চহি রোইদুনা চৎনরিবা চহিগী য়ুমফমদি মাসিদগীনি।

# থমলাংবা পুরারি

হৌজিকতি রালম আমা হাইকে ॥ তাইবংপানবা সেমলক-ঙইকি রাবু ফাওনা হাইলককে ॥ তাইপংপানপা মাপুনে ॥ আতিংকোকনে ॥ আমমপানে ॥ লাই অহুমমানা সানাচিংকি মায়াইতা ॥ তাইপংপানবা অসিপু সেমকে হাইনা রাতানাতানা ॥ হেরে মাকে নহে কারে ॥ হানু মিহে হসী কারে ॥ নারে সরে মরু কারে ॥ হেরেতি-রূইনে-মিকিং হিংসং চিংতেতে ॥ চিংথেতে নপন্নু অঙক সিলিং কিলিং নোংতা কাঙপিলু নুঙপিলেন পুলিং হলিং সহা ॥ রূই তেনুংতারেংপি সংথুপন্নু ॥ রূই তেবা রূইতে তেন্নু ॥ চিং তে তে নপন্নু ॥ আনিমা আমাতা রোইরে ॥ নোংথাং কুপলা-বানে ॥ খংতো ॥ অকোইবা থাবি য়ুমকি মাচু ৭ থোকলে ॥ আকোইবা থাবি য়ুম মাপু ॥ আনি রোইনা চুমিথাং কাকুপ কাইরে ॥ য়েৎকিনা লাইনিংথৌ রোইরে ॥ মামিংতি সনতারিং তানৌপা কোরে। রোইকিনা লাইলৈমা রোইরে ॥ মমিংতি সংথুপন্নু নুঙতারেংপি কৌয়ে ॥

---

নৈনরোল— অমন্বদা য়াইপিলেন্না কাতোংয়ি। য়াইপিলেনপু কুয়োম্না য়োমসিন্দুনা সোক্তনবা য়োমশিন্দুনা থমলম্বদগী থেন্থাং কয়া পুথোকপদগী মতোন চোংলক্নুনা তাইপংপানবা সেম্বা য়ানবা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী পুথোকলক্লে। লাইনিংথৌ লাইরেম্বি ২গী তাইনবা মরকতগী সন্দোকপবু সননচিং কৌয়ি। লাইনিংথৌগী মমিং সন তরিং তনৌবা হাইবা অসিনা নৌনা সনন্দোকপবু

কোংদোকয়ি। লাইরেম্বিগী মমিং সং থুপ নুঙ তারেংবী হায়বা অসিনা অমম্বা মনুংদগী মথং মথং লেংথোকয়ি হায়বনি। অতুগা মকম মতম-মরম অহুম অসিনা তাইবং পানবনু য়োমহুনা থমলি হাইবসু কোংদোকলি॥

## থককি আহনসিংনা নৈনরমলবা শাকোক খিলেন-খিলেন পোকখাইবা

আমমপা-খিলেনকি মাশক॥ লমহৌ চোংথোক্লকলে॥ পোকলেন পাওপি সিতাপা থোকলকলেং। আতুতাকি চেংলৈ আচিপা চোংথোকলকলে। পোকলেনকি পুকনিং হলথানা নিং-পাবু। বুতুনা নোংতম হাললকপি। খোইমোম আমমপি কোনা॥ আনি মাপু রোইরে॥ পোকলেননা অচিপা নঙ খিংলেন সেম-অো হাইয়ে॥ অচিপাতাকী কোনসৌরেন কোনা। চোংথোক-লকলে। কোনসৌরেননা য়িতোম মাতি। খিরেন-য়াইপি সিতাপা সেমপা য়ারোই হাইতানা॥ নুঙকোন চোংথোকলকলে। কোন-সৌরেননা য়িমা আমমপি নঙপু য়াওতানাতি। খিলেন সেমপা য়ারোই হাইতানা॥ কোনসৌরেননা নোংপোক কোনা॥ নুঙ-পোক লাইসু কোনা॥ আমমপি কোনখৈকোনা॥ নুঙকোননা নুঙপোক অোললে॥ মতম নোংসালাপাতা তাইপংপানপাকি মাতম স্নচিললকলাপাতা॥ খিরেন আঙোপা আহুকি মানুংতাকি থাকলাওপা খোনচেলকা লোইননা আত্তিয়া সাংলকলে॥ সোংলেন কোনা হৌরকলে॥ আসিপা নোং নিংথৌসু পোক-লকলে॥ হনচিনখিরাপাকি। খোনচেল পেঙ লাওপাকা। খিরেন

মাহাক য়াওনা লাইনিংথৌ। কোনসিল তিংথোকপা সাংলকলে।। আতি য়ানা খিরেন মাহাকতাকি। আমমপাকি মাসক।। য়িংসিং তমলোন আচৌপা লাকলে। মুণ্ডমু মুণ্ডকাণ্ডকি সাসক। তালং চিংস্থ লণ্ডথংলকলে।। মুণ্ডমু-মুণ্ডকাণ্ড তালংচিং আতুকি মাথকতা। আতিয়া সিতা পানা মাহাকতাকি আনি ৱোইনা।। লৈহৌ মাইপি লৈহৌ মাইপা-আনিমাপু লোইনাতুনা লৈপাক সেমনপা ৱা খৈপিকপু। মাঙোনতাকি সৌতোকলকয়ি হাইপাকি ৱাসৌপা কৌয়ে।।

---

নৈনৰোন— মিৱেন পোকখাইবা অমদি সাকোক থিৱেনগী ৱাফম অসি।। মুথক্কী থমলাংবা পুৱারিগা চান্নৱবনা কুপনা নৈনদৱে। মতাং অসিদা খৃষ্টান কাংলুপকি বাইবলগী অহৌবদা তাইবংপানবা মপুনা অহানবদা পুথোকখিবা। এডেন গারডেনদা সংহন্নবা আদাম অমসুং ইভ কৌবা মুপী নিপা অনি পুথোকখিবগী ৱাফমস্থ। থমলাংবা পুৱারি-য়িলেংবা পুৱারিগী মন্নুং চন্ননা অকুপ্পা মৱোন কয়াদি খৃষ্টানগী পাষ্টৱশিংগা লোইননা নৈনৱবা মতমদা পুথোকচগে। অত্তৃগা ইসলাম ধৰ্ম্মগী কোৱানগী হৌৱকপদা আদাম অমদি হৱা হাইতুনা বাইবলদনা মুপিগী মামিং ইভ হাইবনি। কোৱান্দনা হৱা হাইনা হোংদোকখিবদনি। মৱম অসিনা কোৱানগী মতাং লাকলবদস্থ মৌলুবি মৌলানাসিংগা নৈননবা থমজরগে।।

## হকচাং পরৈ পুয়া
## থককি অহনসিংনা নৈনরোন

কারিস্থং লৈতারিভৈত্তা ।। মাথানাকি নিংসাবু চিংথোকতুনা ফালরোইনা ফমপানে ।। মামিংতি অং—অ—কোয়ে ।। হককি মারকতা সিংলি থোইতিং কৌপা আমা লৈয়ে। সিংলি আতুতি লিন আঙৌপা কুময়ে।। মামৈপু ময়ানা চিকনা থোইপু কোইনা ঙাকলিয়ে ।। থোইরি মাস্থং মারিনে। মারি মানা মাইকৈ মারি রোইপানে। চিথেক আমাতা অং (য়াং) কোনা ঙাকলে। মাচুতি মৈনে। চিরা আমাতা সিলিং কৌন ঙাকলে ।। মাচুতি য়িসিংনে। চিলা আমাতা তালং কোনা ঙাকলে। মাচুতি আসংপানে। চিলা আমাতা তিলিং কোনা ঙাকলে। মাচুতি লৈপাকনে।। মায়াইতা অং কোপা আতুনা ফমলে। আমালক য়ুমপিতো কেয়ি। ভিংথৌ মাতোনদা থাংপা লিকলা কুময়ে। নুমিংনা থোকলকপাতা নিং-থিপা কুমপানে। সিংলি য়েংকি চিরাতা সিংলি ৫ কুমলে। য়েংকী থোংফাং ৫দা থাংলে। সিংলি ২ কুমলে। খুনিংকী লুসম আকুংপাদা ১ থাংলে। খুয়াগী আকুংপতা ১ থাংলে। রোইকি চিরাতা সিংলি ৫ কুমলে। রোইকি থোংফাং ৫তা থাংলে। সিংলি ২ কুমলে। খুনিংকি লুসমতা আমা থাংলে। খুয়া আকুং-পাদা আমা থাংলে। মাথককি চিরাতা সিংলি ৫ কাইয়ে। য়েংকি খুংফাং ৫ তা থাংলে ।। সিংলি ২ কাইয়ে।। য়েংকী নাকোংতা থাংলে ।। রোইকি চিরাতা সিংলি ৫ কাইয়ে।।

রোইগী খুৎফাং ৫ তা থাংলে ।। সিংলি ২ কাইয়ে ।। রোইগী নাকোংতা থাংলে ।।

আকাবা সিংলিশিং আসিতি মামিং নাইপানে ।। আকুমপা সিংলি অসিতি ।। হক পুমনামামকত্তা চাইসিননা লৈপানে ।। সিংলি আসিকি মালকত্তা মামিং নাইবা ১০ মানে ১০মাকী মমি তি আনে কিনে-কীনে-কুনে-কৃনে-কেনে-কৈনে-কোনে-কৌনে কংনে ।। ১০ মা আসিনে ।। আসিগি মনুংদা ৫ মানা থারাই অোইপানে । ৫ মানা মি রোইপানে খংরো আমুমনা তাকলমলি ।।

নৈনরোল—হকচাং পরৈ পুয়াদা হাইরমলিবা খোইলিনতিং কৌপা সিংলি অসিনা মামৈপু ময়ানা চিকনা খোইবু কোইনা ঙাকলিয়ে হাইবা রাফম অসিনা তাকলিবদি । মামৈগা মকোককা তাইনহুনা লৈবিবৈঙেদদি । থরাইনা হকচাংদা পনহুনা লৈবা য়ারি । মমৈগা ময়াগা চিকনবা থাদোকনখরবদি । থরাইগা হকঙাংগা থাইনখরে হাইবা ফোংদোকয়ি । রাফম অসিদগী লোহুনা মৈতৈ হাইবা রাফম অসি ফোংদোকলমবনি চৈতপ ময়েকনা থরাইনিংসা হোললিবাসিংগী মাসাদা ৫ মানা থরাই রোইবগা ৫ মানা মি রোইব্রি হাইবিবা অসিগী রাফম অসিসু অমদি ময়েককী রাফম য়াওবি হাইরিবা রাফম অসি মালেমদা লৈরিবা মীরোইবা থুদিংমককি সরুক য়াওরিবানিনা লাননা হাইরুবদা মাইপাকলোই মরমদি মালেমগী অোইনা মেডিকেল ডাইগ্রাম লৈগ্ৰবনা লাননা হাইজিনবা য়ারোই ।।

# খমলাংবা পুরারি

হৌজিকতি রালম আমা হাইকে ।। তাইবংপানপা মাপুনা ।। তাইবঙপানপা খোকলপা ।। আসাই তিননালকওইকি ।। খোকলকপা অতুপু ।। আতিয়া সিতাপা ।। কৌখোকলাপাকা ।। অতিংকোক সিতাপানা ।। আতিয়া সিতাপাপু ।। পুথখিহুনা তাইপংপানবা সেমলুও হাইনা ।। সিথারকলে ।। আতুকিপু আসিপা কৌয়ে ।। আতিংকোক সিতাপানা ।। মুঙম্বকি মাথকতা ।। আতিয়া সিতাপাপু পুথারকতুনা ।। তারংকি মাথকতা ।। আমম পা আসিপানা ।। তাওপিলোইনাই কৌরপাতা ।। মুঙমু তুমতা মাঙতাপা রোইনা তাওখৎলকলে ।। আতিংকোক কুরুসিতাপানা ।। নোংখৌ মাহালাপা কৌনা ।। য়াহিপ চাকচা তমলে ।। মুঙমুকা তিননালাপাকী ।। মুঙকাও মাহালাপা কৌয়ে ।। আতিংকোক কুলুসিতাপাকা ।। তাওপিলোইনাইকা অনিমকনা ।। তিননাওইকী য়িসৈ সকনাপাতি ।। মুঙকা লৈতে-মুঙলৈ সন লৈতে ।। সানা নলখা মুঙকা লৈ ।। লাইরেমমাকি তিনলিখোং ।। লাইনিংথৌকি তিনলিকক ।। আস্নুমনা সকনৈয়ে ।।

---

নৈনরোল—অতিংকোক=য়াইপিলেনগা ।। তাওপিলোইনাই=লৈচিনগা ।। অনিমকদা ।। অমতা রোইনা তিমনরিঙৈগী । য়িসৈ সকনবদি । মুঙকা লৈতে মুংলৈ সন লৈতে হাইবদি । পা-পি রোইবা সিংনা ।। তোপনা লৈনরিঙৈদদি । পি-রোইবাসিংগী

পিবুকন্নুংদা করিগুমবা তাইবংপানবা সনথোকপা ঙমদববু॥ নুংলৈ সনলৈতে হাইবনি॥ পা পি অনি লৈমিনরববু॥ সননা ননথা নুঙদা লৈহৌরবগীদমকপু॥ সননা ননথা নুঙকালৈ কৌরে হাইবনি লাইলৈমগী তিনলিথোং হাইবদি॥ লাইলৈমগী মীপোক থোংবু হাইবনি॥ লাইয়িংথৌকি তিনলি কক হাইবদি॥ লাইয়িংথৌগী মীথোক লম্বীবু হাইবনি। মীপোক থোংকি ময়েকনা রু-হাইবা ময়েক অসিনি। রু-হাইবা ময়েক অসি মাংলমচক্তুগী অহলসিংনা ময়েক অসি য়িরকপা মতমদা মথককি লৈয়্যিদগী নাকন অনিদা চিংথরগা নাকন অমদগী ফেররপ য়িনসিনলগা॥ ময়াই অহাংবদা থমলমলিবা অসি লাইলৈমগী মীপোক থোংনা খমবা অসি খোই-দৌগী মাথা খুদোন অনি মথাইদা খমখিবদগী॥ অমাইনপসিন অমাইবসিংনা মফম অসিদি পুকন্সবদা খুৎ থাহৈদে হাইহুনা ঙাক-নৈ॥ অকুপা ময়োনদি মাইবরোল পুয়া লৈখরে। লাইনিং থৌকি তিনলিকক হাইবদি লাইনিংথৌকি মীথোক লম্বীবু হাই-বনি। ময়েক অনা ঙ-ময়েকপু তাকপনি। ঙ-হাইবা ময়েক অসি য়িবদা অকোনবা অমনা হাননা ইরগা মথংদা কৈদোম অনিনা ইরম্লিবা অসি। অকোনবা অসিনা কোন-সিন তিংথোক তৌরিবা লাইনিংথৌগী মীথোক লম্বি অতুনি। অতুগা ফৈদোম অনি অসিনা নুঙমু নুঙকাঙ অসিগী য়াতাফমনি। মরম অসি লৈবনা অমাইনপসিনহৈবনা অনা লাইকন্নবদা নুঙমুং নুঙকাঙনা লোংখিরবদি অনাবা লুরে হাইহুনা তাইবং মপুদা হৈকং-লৈকং তমলে। মরম অসি লৈবনা খোইয়ুম নোংপোক

অচিবনা মদাইৱেম ঙাথো য়াংবদা ময়েক ফিথুপ লানইহদে হাইনা তাকলমলি ॥

---

## খমলাংবা পুৱারি

লাইয়িংখৌ কুলু সিতাপাকি ॥ সিংথোং ৱোইনপাতি ॥ আতিয়া সিতাপানে ॥ আতিয়া সিতাপা মাহাকতি-লইচিননে ॥ তাওপীলোই নাহুকি-সিনথোং ৱোইনাপাতি-আতিংঙানে ॥ আ-তিংঙা মাহাকতি নোংসিংনে ॥ সিনথোং লৈরপাক্তা যিসৈ সকনা-পাতি ॥ পিং তারেঙ-পিং তারেঙ ॥ কারাসং-কারাসং ॥ সলচঙ-লাইচঙ ॥ সমপিং-সমপিং ॥ আস্মনা সক নৈয়ে ॥ আতিংকোক কুলুকা। তাঔপি লোইনাইকা আনিমকনা ॥ আমাতা ৱোইনা তিননাঙইকি মামিংতি ॥ হুঙ - সম - পুমলেন - চিং - পিক-খিথাবা কোয়ে ॥

নৈনৱোল— কুরু সিদবা কোবদি অতিংকোক য়াইপিনে সিদববু হায়বনি। য়াইৰিবেনদগী তাউপিলোইনাই নুংশিংথোকতুনা মনিন থোক্লকপবু অতিয়া-লৈচিন কোরে। য়াইবীরেনগা তাউপিলোই-নাইকা অনিনা তিন্নহুনা লৈচিন পুথোকনবা খোনথাং পুথোক-লকপদি। পিং-পিং লাওনা লেংলকপগীদমক পিং তারেং পিং-তারেং কোয়ি। কাথোকলকপগীদমকপু কাবসং সাবং কোয়ি। সন্দোক্লকয়ি হাইবগী সনচং-লাইচঙ কোয়ি। সমজিন্নবগীদমক যাইপিলেনগা নুংশিংকা লৈচিনকা পুন্সিৰবগী হুঙ-সমপুম্নেন চিং-পিক খিকথাবা কোয়ি ॥

## খমলাংবা পব্রারি

তাঔপি লোইনাইনা ॥ অোংথি পোকলে ॥ মাহাকতি ॥ আসিপানে ॥ আসিপাত্তি য়িসিংনে ॥ য়িসিং মামি'ত্তি ॥ অোং-চিয়ি ॥ অোংচিব্রাক ॥ অোংচিরিৎ ॥ অ্‌ংচিখোম ॥ অ্‌ংচিতোক্‌ অ্‌ংচিৎসা ॥ অ্‌ংব্র্‌লারি ॥ অ্‌ংচিথা ॥ অ্‌ংচিথুম ॥ ৯ মা অসিনে ॥ আসিবা মাহাকত্তি–অ–নো ॥

---

নৈনরোল—তাঔপিলোই নাইনা। লাইচিন-পুথোকলে। লৈচিন-দগী-অ–ময়েক থোকলে। অ–ময়েক অসিনা পি-অোইব্রিবাসিংগী খোইদোগী মথা খুদোন অনি মাথাইদা নাওয়োম অোইজুনা লৈরে। অস্লমনা নাওয়োমদগী পি-অমদি পা–অনিমক লাংরোনলকখি খংনবগীদমক ময়াইদা লৈয়ি অনি হাপনা ভিরমলি। পি-ব্রোই-বিসিংগী মসদ চাখমলে হাইবা তাকলবলে হাইবা তাকলকপ-গুম্মনা ময়াইদা লৈরমবা লৈয়ি অমি অত্নু লৈথোকলগা ব্রাইহ পাবেং সেমলকপা মতমদা মচেং ময়েক ব্রোইনা সিজিনবকখি ॥

---

## খমলাংবা পুব্রারি

তাঔপি লোইনাইনা ॥ মইসান্নপি পোকলে ॥ মাহাকত্তি কোনসিনত্তি'থোকপানি'॥ মইকি মামিংত্তি ॥ তো'মই মুংসং। অো' তাবংঙাং ॥ অো' ঙালতুহিং ॥ অোং ঙালতুঙাল ॥ অোং সনতারং ॥ অোং কেম্নুপি ॥ অোং মইহিং সঙ ॥ অোং মিং

তাৱেং ॥ তোং সংনুবি ॥ ৯ মা অসিনে ॥ কোনসিন তিংথোকপা মাহাকতি-ক-নে ।

---

নৈনৰোল - তাঔপিলোইনাইগা । অতিংকোকক্ষা অনিনা চাইনপদগী অতিয়া লৈচিন অহু কাইতুনা মচু ৭ থোকলে ॥ মচু ৭ অহুনা মথেক ৭ থোকতুনা-ক-ময়েককি ফিথুপ পুথোকতুনা ॥ তাইবংপানবা রোইনপা হাইতুনা ॥ মী সা-ঙা খৈপিককি কোক লেনফুদা ফমপি রোইনা থমখরে ॥ কোক লেনযুতাগী ফমপি অতুনা কোনসিন তিংথোকপদা থুংলগা ॥ কোনসিন তিংথোকপদগী থোকখিবা মাসিং যামসিনহকলবদি । পুনসি ময়েং তানকালে হাইবা ফোংদোকনবগীদমক ॥ ক-ময়েক মপুমদগী লৈয়ি মসিং হনথনা য়িহুনা-ক-মচেং শিজিননহুনা লাকখি ॥

## থমলাংবা পুৱারি

অসংবা পোকলে ॥ য়াহাকতি ॥ সাচিকনে ॥ আপক মাসঙ থারে ॥ মমিংতি সঙ তাবং কৌয়ে ॥ আকুপপা পোকলে মহাকতি থাপানে ॥ আপকমা কুপথারে মমিংতি সংথাকুপ কৌয়ে ॥ আৱংপা পোকলে মাহাকতি । তাঔহুহুলেংনে ॥ আপকমা পুমনা মলেংথাবে । মামিংতি তারং হাই কৌয়ে ॥ আঙাইপা পোকলে ॥ মাহাকতি রমপি লেননে ॥আপকমা ঙাইথারে মামিংতি ঙকুপালেং কৌয়ে ॥ আৱেংবা পোকলে ॥ মাহাকতি লাংয়েন সিতাপানে ॥ আপকমা লেংথারে মামিংতি খিং খিং চুমারেং কৌয়ে । আতোংবা

পোকলে মাহাকতি-থান্নানপিচাক নিংথৌ সিতাপানে ।। আপকমা তোংচায়ে মামিংতি তোংকুপলেং কৌয়ে ।। আহুইপা পোকলে ।। মাহাকতি তোংচেং অ্মলেননে ।। মামিংতি সংথুপ হিংমু কৌরে ।। হি পোকপি য়াই পোকপি হি কুপি-য়াই কুপি -হি লৈমা-য়াই লৈমা য়াইসানা ৭ মা আসি পোকলে ।।

---

## নৈনরোল
## তাওপা লোন পুয়া

মুংকাং মাহান্নাপাকা ।। তাঔপিলোইনাকা ।। আনিমানা মুঙমু তুমতা মাংতাবা ।। মাথকতা য়াহিপ-চাকচা ।। তমতুনা য়িসিং অোংথি পোকলে । মইসানুপি পোকলে ।। পোকমান্নোকনা । মাহো মাহো পোকলে ।। তাওপি লোইনাইতি ।। য়োইহৈচেংনে ।। আং তোংপানা থাতা কাখিরে ।। আলেং পানা মুমিংতা কাখিরে ।। আকুপপা আরিংপানা নোংখাতা লৈচাখিরে ।। আসঙপানা লই-পাকতা সঙচারিয়ে ।। আরংপা আকাইপানা লইপাকতা রংচাখিয়ে । মোইরাং লাইসু রোইচাখিয়ে ।। সনথোং লাইনিথৌসু অোইরিয়ে । আহুইবানা নোংসিং লইনাখিয়ে ।। আকাইবানা কাসা অোই চাখিয়ে ।। রায়েন থৌতা চাখিয়ে ।।

---

নৈনরোল— মচু ৭ অসিনা হিপোকপি-য়াইপোকপি-হিকুবি-য়াইকুবি হিরৈমা - য়াইরৈমা-য়াইসনা মমা ৭ অসিদগী তাইবংপা নববু সন্দোকপা তাইবং পানববু নাওয়োকয়ি হাইবা রাফম অসি ফোংদোকলমলি ।।

# থমলাংবা পুরারি

হৌচিকতি ব্রালম আমা হাইকে ।। তাইপংপানবা আসিপু ।। নাওয়োম অোইনা য়োমলিপাত্তি ।। তাইপং পানপা মপুনে ।। আতিংকোকপু য়োমলে ।। তাইপংপানপা মাপুকি মামিংতি ।। অুম ব্রোংয়েং কৌয়ে ।। আতিংকোকনা আমমপাপু য়োমলে ।। আতিং-কোককি মামিংতি ।। য়িফুংকেৎ-ককলাচিঙ কৌয়ে ।। আমমপানা নুংশিৎপু য়োমলে ।। আমমপাকি মামিংতি । ব্রুমকক-ব্রোক-কুক-ব্রুঙ কৌয়ে ।। নুংশিৎনা লৈচিনপু য়োমলে ।। নুংশিৎনা লৈচিনপু য়োমলে ।। নুংসিৎকি মামিংতি ।। য়িহিংসং তালেং লিয়োমপা কৌ-য়ে ।। লৈচিননা য়িসিংপু য়োমলে ।। লইচিনকি মমিংতি ।। ব্রুং লইচিন-ফুলচিন লিকলাপুন-য়িয়োমপা কৌয়ি ।। য়িসিংনা লই-পাকপু য়োমলে ।। য়িসিংকি মামিংতি লইহিংসং-য়িপুংথোক-লই-য়াপা কৌয়ে ।। লৈপাকনা তাইপং পানবু য়োকলে ।। লৈপাককি মামিংতি ।। মিরিংহিং লৈয়োপা কৌয়ি ।।

---

নৈনখরাবা— য়াইবিলেনবু সোক্তনবা য়োমসিনলিবা কুয়োম অহুবু ।। তাইবং পানব মপু কৌয়ি ।। য়াইপিলেননা কুয়োমগী মনুংদা লৈববু আতিংকোক কৌয়ি ।। অতিংকোক্তগী নুংশিৎ থোক-লকপবু অমম্বা কৌয়ি ।। নুঙসিৎতগী লৈচিন পুথোকলকপাবু ।। নুঙসিৎনা য়োমবা কৌয়ি ।। লৈচিনগা নুংশিৎকা য়িসিংগা চাই-নবগা য়িসিং পুথোকপবু ।। লৈচিনমা য়োম্বা কৌয়ে ।। য়িসিংগা

নুংসিংকা চাইনবদগী আসবা মনিনদগী মৈ থোকলে। মৈ পুথোকখিবদগী লেমহৌবা য়িনাং য়িফমনা ফমভিল্লগা মালেম লৈসা আইরকপবু ॥ য়িসিংনা য়োম্বা কৌয়ে ॥ মালেম লৈসাদা তাইপংপানবা আইরিবশিংনা হিংলিবা অসিবু লৈপাকনা য়োমবা কৌয়ে ॥

তাঙ্কক অসিবু মালেমদা লৈরিবা চাওখৎলবা মীরোইবা খুন্নাইসিংনা হৌজিক থিগৎনয়কলিবা সাইন্সসিংগী নেবুলা থিয়োরিগী হৌরকফম য়ুমফমদি অসিম্মু অমনি ॥

---

## থমলাংবা পুরারি

হৌচিকতি রারম আমা হাইকে ॥ আতিংকোক কুলুনা ॥ লাইপাক সেমকে নিংলকলে ॥ মাচা আতিয়া সিতাপাপু কৌথোকতুনা ॥ নাপা নঙতি কানানো হংলে ॥ মাচা আতিয়া সিতাপানা ॥ য়িপাতি নঙনে খুমলে ॥ তননা নঙনা য়িপা খঙলাপাতি ॥ নাহাক য়িপা আরিপানে ॥ আসি খৈপিকস্নুং নঙকিনে ॥ হাইনা সিননারে ॥ মাচা আতি য়াসিতাপাপু ॥ তননা লৈপাক সেমলুরো হাইনা সিথারকলে ॥ আসিপরো কৌয়ে ॥ আতিয়াকি মানিংসানা ॥ ভাংপল রোইনা ॥ মাথকতা ফললাপাকা ॥ মাহাককি মিংসা য়েংভাকিনা ॥ অ কৌনা কৌথোকতুনা ॥ য়িসিং তারং রোইনা থোকলকলে ॥ নিংসা রোইরমকিস্নুং ॥ ক—কৌনা কোনসিন তিংথোকপা ॥ য়িনথোকলকলে ॥ আতিয়া সিতাপানা

লৈপাক আসিপু ।। কালম সেমসিপানো হাইনা ।। মুঙপংনা নিং-লিঙৈতা ।। মাপুক নিংসিংলকলে ।। অইনা তৌপা আসিপু ৱোইলা লোইয়ে ।। কুলুত্তুন তানকে নিংলাতুনা ।। কুলু তাননা কাখিরে । আতিয়া সিতাপাপু ।। কুলুনা কাতৌপা লাকপানো ।। হাইনা হংলমলে ।। কুলুনা লইপাক সেমঅো হাইপা আতুপু ।। অৈপু মুঙ পঙলে ।। কুলুকি নাসক ৱূলাপাম্ম ।। ৱূতালাপাম্ম ।। হকনা কিরে ।। কুলুকী নাতিকপু খাজিকতা খংনিংলে ।। তাকপিয়ো হাইনা কুলুপু খুরমলে ।।

---

নৈনরোল— অতিংকোক-য়াইপিলেন গুরুনা অতিয়া লৈচিন পু-থোক্তুনা লৈপাক সেমকে হাইদুনা লৈচিন পুথোক্লে । লৈচিনদা য়াইপিলেন্না নংগী নপাদি কনানো হংলবদা লৈচিন্না খুমলে ।। ঐগী ইপাদি নহাক্কি হায়রবদা অতিয়ানা ইপাদি নহাকনে হাইনা খুমলে ।। নঙনা ইপাবু খংলবদি নহাক ইপা অরিবনে হাইনা তাকপিরে ।। অদুবোংবদি নাহাক তননা-খুদক্তা লৈপাক সেমলো ।। হাইনা সিথরকলে ।। অদুগীদমক অসিবা মিং হোং-লে ।। অতিয়ানা মংগী সক্তম লৌরগা লৈপাক সেমনবা থৌরাং পুথোক্লে ।। মহাককি মনিংসাবু কামথোকলগা পুলপ তাসিল্লগা নোংলৈ নুংসিংতা তোংদুনা ফমলে ।। মাসিবু সনা তাংবল কৌয়ি ।। অদুদ ফমলবগা মহাককি য়েংথংবা নাতোনদগী অো ময়েক পুথোক্লে । ৱোই থংবা নাতোন্দগী ক-ময়েক পুথোক্লে । অদুগা লৈপাক সেম্বা থৌবাং তৌরুবদা লৈপাক সেম্মা য়াদরবদা

অতিয়ানা ঐনা তৌরিবা অসিনদি ওইররোই। গুরুদা হংলুররগে হায়তুনা গুরু তাননা কাররকলে ।। অতিয়াবু গুরুনা কদৌবা লাকপনো হংলবদা অতিয়ানা হায়রয়ে ।। গুরুনা লৈপাক সেম- লো হাইবা অদুবু ।। ঐবু মুণ্ড পণ্ডলে ।। গুরুগী নসক রূররবসু- রূদররবসু হকনা কিরে ।। গুরুগী নতিকপু খজিক্তা খণ্ডনিংলে ।। তাকপিয়ো হাইনা থুরমলে ।।

---

## থমলাংবা পুরারী

কুলুনা হাইয়ে ।। অৈকি য়িতিকপু ।। খণ্ডনিংলাপাতি ।। য়েংলো হাইতানা ।। ময়া কাথোকলে ।। মপুক মানুংতাকি ।। লৈপা খৈপিকপু ।। আতিয়া সিতাপানা ।। রূলাপাতা কুসুঅো তৈ হকনা কিরে ।। খুমচিনপিরো হাইতানা ।। কুলুনা খুমচিলাপাকা ।। অতি- য়া সিতাপানা ।। কুলুকি মাপুক মনুংতাকি লৈপা খৈপিকপু লোকে নিংলাভুনা ।। কুলুকি মাপুক মানুংতা হুনচিনখিরে ।। কুলুকি মাপুক মনুঙতা লৈবা খৈপিকপু হোইথোককে। নিং লাতুনা আ - হৈ - হে - হোইলো-হোইলো-নাকেসে ।। হোইলৌ আসিপু সকতুনা হোইথোকলকলে ।। আতুকিপু হোইলৌ কৌয়ে ।।

---

নৈনরোল— অতিংকোকনা-হান্না সেমতুনা থমখিরবা অদু ময়া লাওনা কাথোকতুনা মপুক মনুংতা তাইপংপানবদা লৈরিবা খৈ- পিকপু রাৎতনা লৈরম্বা রূররবদা ঐনা অমুক নোহৌনা সেমলু- দরসু অতিংকোককি পিবুক নুংদা লৈরিবা অসিবু লোইনা হোই-

থোক্লগে খল্লদুনা হোইদোক্লববু হোইলৌ কৌয়ে ।। মরম অসি লৈবনা মীতৈ/মৈতৈনা লাই হরাওবগী অহোবদা লাই হোই লাওবা থৌরমনা অহ্লানবদা হৌদোক্লি । মতাং অসিদা নিংসিং-বা য়াই মীতৈ মৈতৈ ময়েকস্থ লৈসেমদ্রিঙৈদা অতিংকোকনা হান্না পুথোকখরে । মাসিনা য়ুম্ফম ব্রোইদুনা সোক ১৯৭৩ ইংদা ফোংখিবা "লৈহৌ-নোংহৌব্রা ময়েককি হৌরকফম" ।

---

## থমলাংবা পুব্রারি

হোইথোকলকপা আতুপু ।। কুলুনা তালাতুগা ।। মাপুক মন্নুংতা হলচিননা য়েংপাপু আতিয়া সিতাপানা ।। লৈঙমপাপু-রু-লাতুনা ।। য়িপুক মন্নুংতাকি লৈপা খৈপিকপু ।। লৌকে তৌপা ব্রোইরে ।। হাইনা নিংলে ।। অইনা য়াপিতারাপাতি ।। ফালালোই হাইতুনা ।। কুলু মাহাককুমপা ।। আমা পুথোকতুনা ।। কুলুকা মায়োকনা মামাংতা ফমহললে । আতুকা কুলুনা ময়া কা-থোকলাপাকা ।। মাপুক মন্নুংতা লৈপা খৈপিকনা কুলুকি মামাংতা লৈপা আতুপু রুলা তানা ।। হি অৈখোইনা খংলিপা আসিতি নংতারে।। কুলুতি আসি তাতুম লৈঙমলে ।। হাইতুনা ঙমনা হাথোকলকলে ।। কুরুসিতাপানা হনথোকলকপা ।। আতু খোপিকপু ।। আ-হৈ-হে-হায়া হায়া-হায়া হৈয়ানাকে ।। আসিপু সকতুনা য়াঙমলে ।। হাইপাকি - হৈয়া কৌয়ে । আতিংকোক কুলুসিতা-পাকি মামিংতি স-হ-স-হ কৌয়ে ।। আতিয়া সিতংপাকি মামিংতি হিংকারে হো-হোই-হে-হে-কৌয়ি ।।

নৈনরোল— আতিংকোক গুরুসিদবগী ॥ পিবুকন্নুংদগী ॥ আতি-য়াসিদবানা হোইথাকলকপদা ॥ আতিংকোকনা য়াপিরাপাতা ॥ তাইপংপানপা অসি মাপুং ফাত্তনা হিংবা ঙমহলপাকিতামকপু ॥ আতিয়াকি মামিংবু হিংকারে হ হোই হে-হে-কৌয়ি ॥ হাইবনি ॥

---

## খমলাংবা পুরারি

কুলুসিতাপাকি মাপুক মান্নুঙতা লৈপা খৈপিকনা ॥ হাথোক-লকঙইকি ॥ য়িসৈসকনাপাতি ॥ হৌ-হোই-হা-হা-হা ॥ হো-লিনলো-হোলিনলো-হায়ুথে খুলাইতে হৈয়াহে-হৈয়াহে ॥ আতুপু থোইনা হারাওবা-লৈবারা-লৈবানে ॥ আ লৈবানে তাহৌ হে হৌ হৈয়ানাকেতা ॥ হারাও থোইরকঙৈগী য়িসৈ সকনারকপাতি অসিনে ॥ কুলুকি মাপুক মান্নুংতাকি হোইথোকলকপা মাহাকতি ॥ থারাইমিচাক আপকমাকি মামুং খৈবিকনে ॥ মামুং মাহাকতি আতিয়াসিতাপানা য়োমলে ॥ য়োমলাপাকি মামিংতি হা-স-কৌয়ি ॥ আতিয়া সিতাপানা-মাপুক ফারে ॥

---

নৈনরোল – আতিয়াসিতাপানা ভাঙ্গিপংপানপাতা লৈরিবা পুমনামকপু ॥ আতিংকোককি পিবুকন্নুংদগী হোইদোকত্তুনা সেম-খিববু ॥ হোইলো-হায়া কৌয়ি ॥ হোইরৌ হায়াগী সৈসকতা অসিবু থোইনা হরাওবা লৈবরা হাইরমবদি ॥ য়িচেন অনি থোকনা লৌনৈ ॥ অমনা-পি-পা-ওইবা সিংনা মিংকা মিংকা চাত্তুনা হিং-লমবা পুনসিদগীদি ॥ মশাগা মশাগা লৈমিননরগা মচা পোকলকপগী

নুংঙাইবা মখলনা নুংঙাইবা হেললি ।। মচা পোকতুনা অৈগী হাইবা ন্নাখলদা লুপললমবদগী ।। পুনসিগী অরোইবা থন্নাইনা য়াইপি লেনদা তিনখিবনা পুমনামকতগী নুংঙাইহেললি ।। আতুনা মতাং অসিবু ।। সিবু থোইনা হন্নাওবা লৈবনি হাইনা ফোংদোকলমলি।

---

## থমলাংবা পুন্নারী

আতিংকোক কুলু সিতাপানা আতিয়া সিতাপান্নো লৈপাক-তুম সেমলুন্নো হাইতানা সিথারকলে।। আতুকা কুমলকতুনা ।। য়িসিং তালঙকি মাথকতা। আতিয়া সিতাপানা ।। মাথানাকি নিংসাবু কামথোতুনা ।। নোংলৈকি মাসক থোকলকলে ।। নোংলৈ আংুপু মা তাংবল ন্নোইনা ।। তাপলকি মথকতা ফমলাপাকা ।। লৈপাক আসিপু কারম সেমসিপা হাইনা। নুঙপংলিঙৈত্তা কুলুনা নুঙপঙপা আতুপু ন্নুকাতনা। আতিয়াকি থামোই থাচিলত ।। তলতুমকুমনা ঙালনা লৈন্নে। আতিয়া সিতাপানা ।। আসাইকি লৈপাক সেমকাতাপাকি।। নুঙপঙনা নিংলমপা আতুপু ।। মাপুক-নিংসিংলকলাতুনা ।। মাপুক মান্নুংতা হনথানা য়েংপাপু ।। মাপুক মান্নুংতা ।। ঙাননা লৈঙমপা আতুপু বুন্নে ।। আতিয়া সিতাপানা হিয়িতোম মালা হাইপাপু।। য়িপুক মান্নুংতাম্বুং আমা লৈঙমলে হাইতানা ।। মাপুক মান্নুংতাকি আতুপু লৈপাক সেমমানাক্লেনিং তুনা হান্নাগলে ।। য়িপুক মান্নুংতা লৈপা নওপু লাওঅো য়িপিংঙা লৈপাক সেমসে হাইতানা ।। কৌথোকলে। মাপুক মান্নুংতা লৈপা

কুরুনা থুমলে ।। নঙতাম্নু ফম্মনাপা লৈতে ।। অৈপু কারিতা ফম-লো ।। হাইপানো হাইনা থুমলাপাকা ।। অতিয়া সিতাপানা কা-লিভাফমহলসিপানো হাইতানা মাফম য়েংলিঙৈতো ।। আতিয়া সিতাপা মাহাক খঙহলতানা ।। আতিয়া সিতাপা মাহাককি লাৱাই লেনফুতা ।। কুলুনা মাথকলোমতা হচিৱঙ কৌনা ।। হুনকৎথিরে ।। মাচু ৱুসোং তুকুমনা ।। মাথকলোমতা লৈ-ৱাপাতা ।। মাকু পোকলে ।। মাকুকি মামিংতি কু-হিং-কু-কৌয়ে। মাকু আতুপু কুলুনা তোংলাপাকা ।। মাপুক মন্নুংতাকি ।। মাঙাল আতুপু চিংখোকতুনা আমমপা আতুপু ঙালহললে।। আঙালপা আতুপ ।। আতিয়ামা ৱুৱাপাকি ।। মাহাক মাপুক মান্নুংতা হল-চিননা য়েংপাপু লৈঙমতারে ।। য়িথকতা ঙাননা লৈপা আসিপু অৈকি য়িপুক মান্নুংতা লৈপা আতু ৱোইৱাবোই ।। হাইতুনা তানখৎখিরে ।। আতিয়া সিতাপানা কুলু ৱোইরে হাইতানা থুরুমলে ।।

---

নৈনৱোল— অতিংকোকনা অতিৱাদা লৈপাক সেমলুঅো হাইনা সিথৱক্লে ।। অতিয়ানা মথন্তগী নিংসা কামথোকলে ।। হাইবদি ।। মুংসিন্তগী লৈচিন লৈচিন্দগী ইসিং থোকলে ইসিংগা মুংসিংকা চাইনরে হাইবনি ।। ইসিংগা মুংসিংকা চাইনরকপদা ইসিংদগী ইনাং ফমচিন্নবু স্না তাংবল ফমবা কৌরে ।। করম তৌরগা মালেম শুইহলগদৌরিবনো মাসিনা মালেম শুইবদি য়াথিরোইদৌরি হাইনা খলববু নুংবংবা কৌয়ি ।।

ফমজিনলকপা অসি মপুং ফারবদি ।। মালেম অসি মপুং লেপপা য়ারগনি হাইনা মিংসিংলকপবু তনদনগুমনা ঙানবা কৌয়ি। থমোইদগী রাখল থোকলকপনিহাইবা খংলকতুনা ।। রাখল তৌরক পবু ।। য়িপিংঙা লৈপাকসেমিনসি হাইবনি ।। রাখলদি অঙোনদগী থোকপদগী নংতসু ফমনবা লৈতে হাইবনি ।। নংনা খনথবা রাংলকপবু অবু কদাইদা ফমমু হাইবনো হাইবনি ।। রাখলগী হৌরকফমদি কোক লেনফুদা লৈবা ফমবিদগী তৌরকপগীদমক লরাই লেনকুদগী হৌরকপদগী হ-চিরং কৌয়ে হাইবদি ফমপিগি মচু রাওথাংনববু রুসোংতু কৌয়ে হাইবনি ।। ফমপিগী কুয়োমবু মকু কৌয়ি হাইবনি ।। ফমবিদা থরাইনা পকতুনা লৈববু মকু তোংবা কৌয়ি ।।

---

## খমলাংবা পুরারি

কুন্নুনা কাতৌনা ।। খুরমপানো খুলমকানো ।। নাপুক মান্নুং-তাকি নাচা আতুনে খুমলে ।। অতিয়ানা হাইয়ে আসাই য়িপুক মান্নুংতা লৈরিঙৈতে খংচাতে ।। য়িচা অোইরাপোই নিংঙে ।। হৌচিকতি য়িপা আরিপা কুলু রোইলমলে। কুলুনা লৈপাক সেমলো হাইপা আতুপু ।। কালম সেমসিপা হাইনা হংলে ।।

কুলু সিতাপানা।। তাইপং মান্নুং রোইনাপা তাককে নিং-লাতুনা ।। মাম্মিং হুং-সং তারেং কৌনা থোনপিলে ।। পারিং রুরোং লাইসোন সিংকাপ ও সুনা তাকলে ।। কুলুসিতাপানা

হাইয়ে ।। নোংখো মারোন সেমনাপা মাকুম্সুং পুথাখিও সিথা-লকলে ।। আতিয়া সিতাপানা ।। আসাইকি মাফম আতুতা কুলুনা তাকপিলকপা ।। লাইসোন আতুপু ।। রুঙলাওনা সোনতুনা কোঙকোন আয়ামপা পোকলে ।। কোঙকোনকি মমিংতি কুং কোয়ি ।। য়েংলাঔনা সোনতুনা য়িসং আয়ামপা পোকলে ।। য়িসংকি মামিংতি ।। য়ি-হিং-সং কোয়ি ।। ঙুং লাঔনা সোনতুনা কংপি কংচাও পোকলে ।। কঙকি মমিংতি কঙহিং লেন হিকুপপা কোয়ে ।। কংকি মথকতা আতিয়া সিতাপানা মিলেন লাসংকি লাংকুমনা ।। লাংসং হুললে ।। নোংপোক নোংচুপ-খা-রাং লাক-তানা পালিং হুললে ।। লৈপাককি মামি চিথেক ৪মাসুং লাকলে ।।

---

নৈনরোল—মপা রোইবসিংগী ফমবিদগী থরাইপানবা কয়া পুথোকপা ভম্বদগী মপা অমুক রোইরকয়ি হাইবা রাখল ফংলকপাবু য়িপা অরিবা কোয়ি হাইবনি ।। য়িসিংদা নুংসিংনা রুঙ হাইবা সাফু পিরকপদা য়িসিংদগী কোংকোন থোকপা ঙমলে ।। কোঙকোনসিং অতুদগী মরেক থোকলকতুনা কুংসিলকপাবু কুঙ কোয়ি হাইবনি ।। য়েংলাঔবা সাফু পিরকলবাদা য়িসং রোল-থোকলকপবু য়িসং পোকপা কোরে ।। য়িসিংদগী অহিংবা থরাই পানবা পুথোকপাবু য়ি-হিং-সং-কোয়ি ।। ঙুং হাইবা সাফু পিতুনা য়িসংদগী কংবি কংজাও আনথোকলকপবু কঙ পোকপা কোরে ।। কঙ পোকলবদা কঙসিং অছুদগী থোকলকপা মকে ময়েক অতুনা পুনসিলগা মালেমগী মামি তমলকপবু মুাইকৈ চিথেক ৪ মমি

লাকপা কৌয়ি ।। মালেমগী ময়াইদা মালেম কাইবা ওমদনবা ফাজিনবা অহুবু সিংকাপ কৌয়ি ।। খোনথাংসিং অসি পুথোকলকপবু ।। লাইসোন ৫ কৌয়ি ।।

## খমলাংবা পুৱারি

পালিংকি মায়াইতা ।। আতিয়া সিতাপানা ।। ৱুয়ুং অোইনা মাখোং কারননা ফমলিঙেতা মাপুক নিংসিং নকতুনা ।। মাথক লমতা হুনখৎনা য়েংপাপু ।। নোংথৌ মামি লাককে হাইতুনা ।। মাকুকি মাথকতা হুইরিনা তৌবঙমনা হুনকৎখিরে ।। আতুকা নোংথৌকি মামিসুং লাকলে ।। আতিয়া সিতাপাকি মামিংতি সং কু-সং সঙবুরেঙ কৌয়ে ।। নোংথৌকি মামি আসিতা লৈপাতি ।। কুলুমলেন কিংনাইপা-আমতি কুলুমলেন সানাইপা আমাতি কুলুমলেন মইনাইপা কৌয়ি ৩ মা অসিনা কোইনা ।। সৌরা রোইনা ঙাকলিয়ে ।। ৩ মাকি মায়াইতা ।। থাৱাইমিচাক নিংথৌ সিতাপানা ৱুয়ুং অোইনা মামিং নোংতারেং ঙানতুরেং কৌনা লৈরে । অমলকসুং তোংকুপলেং কৌয়ে ।। মপুক মানুংতাকি মাগুংতি তনতুমলেন মইনাইবা কৌয়ে ।।

---

নৈনরোল— খোম্থাং মঙাদগী তুথুপ অহুম হায়বদি মফম মতম মরম অহুম ।। অমনা কুরুমলেন কিংনাইবা কুরুমলেন সানাইবা কুলুমলেম মইনাইপ কৌয়ি ।। অমুম আসিবু সৌরা কৌয়ি ।।

## খমলাংবা পুরারি

নোংলোন আসিতা ॥ চাহি লাখা ৩ লিসিঙ ৬ না চাহি আমতা রোইনায়ে ॥ চাহই ৩০ না থা আমাতা রোইনায়ে ॥ চাহই ১০ না থুমিং আমাতা রোইনায়ে ॥ থা ১ থুমিং ৫ নি যুথক ১না যুথক ১তা রোইনায়ে থুমিং ৫ মিকুপ ৬না মিকুপ ১ রোইনায়ে ॥ পুঙ ৫ মিকুপ ১না নিংসা ১ তা রোইনায়ে ॥ মিকুপ ৫ নাহুম ৫ না নাহুম ১ তা রোইনায়ে ॥ নিংসা ৫ নাহুম ৫ পুকনিং ৬না পুকনিং ১ তা রোইনায়ে ॥

---

নৈনরোল— নোংলোন অসিতা লাইগী চহিদি মরোইবগী চহি লাখা ৩ লিশিং ৬ না লাইগী চহি অমা সারিবা অসি হৌজিক কী মীওইবনা চৎনরিবা পাঞ্জিসিংনা সিজিন্নরিবা থুমিং ৩৬০ না চহি সারহুনা চৎনরিবা য়ুম্ফম অসি মতাং অসিনা য়ুম্ফম্নি ॥ অকুপ্পা মরোল কয়াদি অথং অহৈসিংগা তান্নবা খমজরগে ॥

---

## খমলাংবা পুরারি

আতিয়া সিতাপানা আসাইকি মায়াইতা হলথালকতুনা ॥ মাখোং কারননা ফমলিঙৈতো থুঙমু ২ তাওখৎলকলে ॥ আমাত্তি খাওয়াই থমনায়ে ॥ আমতি খুৎসু খুৎলাই থমনায়ে ॥ আতুকা লইপাক সেমনাপা হাইতুনা ॥ মাহাককি পানকন রোইনাপা ॥

পোককে নিংলাতুনা ॥ হুমলেন নুংসিংকা হামলেন লইচিনকা ॥ আনিমক মাতু মরা রোইনা রোংনারে ॥ য়িসিং তারংতা পোক-পাতি ॥ কারিনে কারানে নোংতমখুপানে-নোংতমহলপানে ॥ নোং-য়াই মারি রোনপানে ॥ চাওরা মাপান থিপানে ॥ তারং খোই-সুচানে ॥ পিসাতাওনে ৭ মা পোকলে ॥ চাওরা মাপল থিপানা য়িস্নিংতা তাওরিপা খৈপিকপু ॥ খোমচিনতুনা ॥ নোংয়াই মরি রোনপানা পারিং ১২ লক রোনহৌরে ॥ অসিপানা মামিং য়িকপ তারং কোনা সিংকাপকি মাথকতা সালেং য়াংপা পোকলে ॥ সালেং য়াংপাকি মামিংতি ॥ নাকা নিংথৌ মাহেলনাং তালৈপা কৌয়ে ॥ মাহেননাং তালৈপানা ॥ সিংকাপ রোইরে ॥ আতুকা আতিয়া সিতাপানা ॥ পারিংকি মাথোইতা রুয়ুং রোইনা ফমলে ॥ লৈপাকন্তি কারিতাকি লৌসিপা হাইতানা নুঙপংনা নিংলিঙৈতা আতিয়াসিতা-পানা নুঙপংপা আতুপু ॥ কুলুনা রুলাতুনা ॥ য়িসিং তালংকি মাখা-তা লৈথাখিরে ॥ য়িসিংকি মানুংতা থেংকু পোকলে ॥ থেংকুকি মামিংতি ॥ কুলু তিঙতা থিংকুলং কৌয়ে ॥

---

নৈনরোল— নুঙমু অনিমকতা অমনা খাউয়াই হাইপাদি নুংসিংপু হাইপানি ॥ থুংস্ত থুংলাই হাইপাতি য়িসিংগা মৈগবু হাইবনি ॥ মৈ-য়িসিং-নুংসিং-অহুমককা হুমলেন নুঙসিংকা হামলেন লৈচিনকা পোকলে ॥ মাথোই অসিনা কাথংলকপাবু কারি কৌরে ॥ কাথংলকপা অতুবু ময়েক লারে হাইবগী কারা কৌরে ॥ নোংসি নোংতমলে হাইপাগি নোংদম খুবা-নোংদমহলবা কৌরে ॥ নোং হাইবদি অমমবা য়াই হাইবদি অঙালবাবু নোং-য়াই কৌয়ি ॥

মারিরোনবা কৌবদি অহিং-মুঙথিল খাইহুনা পুথোকখিববু নোং-য়াই মরি রোনবা যৌয়ি ।। অহিং মুংথিন অনিনা তাইপংপানবা য়োকপবু চাউরা মপালথাপা কৌয়ি ।। অহিং নোংথিন অনিমকনা অরেপা নৈতনা রোনথোক রোনসিন পুরিববু ।। তরং খোইমুচা কৌয়ি ।। পুমনামকপু পিথোকলকপা সাথোকলকপবু পিসাতাও কৌয়ি ।। অহিং-নোংথিন অনিমক্তা থরাই য়াইপিনা মৈগি য়াফমদা পুং অমা য়িসিংগী য়াফমদা পুং অমা নুংসিংকি য়াফমদা পুং অমা লৈপাককি য়াফমদা পুং অমা অতিংঙাগী য়াফমদা পুং অমা অমুমনা য়াফম ৫ মকতা য়ারোন ১২ রক রোনহুনা চংপদা য়ারোন ১২ রক হোংববু ।। নোংয়াই মারি রোনবনা ।। পরিং ১২ রক রোনহৌরে হাইবনি ।। য়িসিংতাকি থোকলকপা মফোল মরিকসিং অহুনা পুনসিলকপাবু সিংকাপ কৌরে ।। সিংকাপ অহুনা মরিক মফোনসিং অহু ফাজিনলকতুনা লেংসিনলকপবু সলেংয়াংবা কৌয়ি। সালেংলিবা মাহাকতগী হেনতোকপা ঙমদববু ।। মাহেননাং তারেবা কৌয়ি ।। মরিকতগী সাংতোকলকপা লৈয়ি অহুবু রুয়ুং কৌয়ি ।। মাসিতা নপসিনহননপা মরিক অসিবু কদাইদগী লৌসিগে হাইহুনা রাখল তৌববু নুঙপাবা কৌয়ি ।। মরিক অসিদি য়িসিং তগী থোকলকপনি হাইনা খংলকপবু ।। য়িসিংগী নখাদা লৈথবা কৌয়ি ।। য়িসিংদগী মরিক ২ শিং থেংজিনহুনা কুংসিনলকপবু থেংগু পোকপা কৌয়ি ।।

## খমলাংবা পুৱারি

থিংকুকি মাথকতা ফমলে ।। অতিয়া সিতাতানা স্নুঙ পঙবা অতুবু মিংসিংলকতুনা ।। য়িসিংগী মাখাদা কারি কৈরি ঙাবা হাইতুনা য়িসিংকি মাখাদা লৈথাখিয়ে ।। য়িসিংকি মনুংতা স্নুং কুলুসিতাপা লৈঙমলে হাইতুনা খুরমলে ।। কুলুনা কাতৌপা কুমলকপামো হাইনা হংলমলে ।। আতিয়া সিতাপানা খুলমনা হাইচায়ে ।। লৈপাককি মাপুতি নঙনে হাইতানা ।। লৈপাক নিকে লাকয়ে ।। লৈপাক পিনারো হাইতানা খুরমলে ।। কুলু সিতাপানা হাইয়ে ।। মঙনা লৈপাক পিয়ো হাইলাপতি ।। নাখুং নাতুংলোম রোললো ।। নায়ানাচিকনা খইগিয়ো হাইঙমলে ।। আতিয়ানা কুলুকি মাখই তাকি খোংতোকতুনা ।। পুনুঙ ঙাইখোং লুকমালম ।। লওরে ।। লৈপাক লেইঙকি মমিংতি কোইনৌ লৌখেং কৌয়ি ।।

---

নৈনরোল — মরিকসিংতুনা পুনসিনবগী মথকতা ফমতুনা রাখল তৌরকপদা মরিকসিং অসি য়িসিংদগী লাকপনিনা মরিক পোক হললকলিবা অসি কনানো হাইনা খংনিংলকপা অতুবু য়িসিংগী মখাদা লৈথবা হাইবনি ।। য়িসিংগী মনুংদা য়াইপিলেলনা লৈরমবা অতু খংলকপবু কুরুবু খুরমবা হাইপনি ।। য়াইপিলেননা আতিয়াতা কৈতৌবা লাকপনো হংলবদা অতিয়ানা লৈপাককি মপুতি মংনা রোইরপনিনা লৈপাক পিনরো হাইতুনা লৈপাক নিগে লাকপনি হাইনা খুমলবদা অতিংকোক কুরুনা ।। অসিয়াবু য়েংলগা মাসাতগী

| লমাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৪০ | ১৯ | অস্নুম | অহুম |
| ৪৪ | ১২ | কোইনৌ | খোইনৌ |
| ৪৫ | ১০ | লইলংলেনা | লইলংলেন |
| ৪৭ | ২১ | সিবতগা | সিন্তবগা |
| ৪৯ | ১২ | ফাদজনলিবা | ফাজিনলিবা |
| ৫৪ | ১২ | পাওসানা | পাওসাবা |
| ৫৫ | ২ | লৈতমবা | লৈতনবা |
| ৫৫ | ২০ | খিখিং | খিংখিং |
| ,, | ,, | খতক | মতক |
| ৫৬ | ১৮ | হাইবম্নি | হাইবনি |
| ৫৮ | ৪ | থিংকুমা | থিংকুনা |
| ,, | ,, | নান্নুং | মান্নুং |
| ৫৮ | ৫ | লিঙিংপানবা | লিসিংপানবা |
| ৫৮ | ১০ | য়িতৈতি | য়িসৈতি |
| ৬০ | ১ | মথোল | মরোল |
| ৬৫ | ১৬ | আসিপামা | আসিপানা |
| ৬৫ | ১৮ | য়িয়ৈত্তি | য়িসৈত্তি |
| ৬৬ | ২ | মথাকতা | মাথকতা |
| ৭০ | ১০ | মারাল | মারোল |
| ৭০ | ১৩ | লাসিপানা | আসিপানা |
| ৭১ | ১৯ | মান কোং | মানাক্কোং |
| ৭২ | ৫ | পোইয়ে | অোইয়ে |
| ,, | ৬ | বোইয়ে | য়োইয়ে |
| ,, | ৭ | য়োইগা | য়োইগী |
| ,, | ৮ | পোইয়ে | অোইয়ে |
| ,, | ৯ | পোইয়ে | অোইয়ে |
| ,, | ১১ | য়োইয়েবা | য়োইয়ে |
| ,, | ১৪ | বোইয়ে | ক্লোইয়ে |

| লমাই | পরেং | অরাসব | আচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ৫ | ১৯ | লাইউঙকি | লইউঙকি |
| ৮ | ১৩ | হৌ | হৌনা |
| ৯ | ৪ | কোয়ে | কোরে |
| ১১ | ১৮ | সিংলিং | সিলিং |
| ১৫ | ৮ | সান্নাতি | মান্নাতি |
| ১৬ | ৬ | অচিবগী | অচিবদগী |
| ১৭ | ১৫ | তারবু | তারাবু |
| ১৯ | ৯ | রু ঙ্কু তেন্সুংতারেংপি | রু ইতে নুংতারেংপি |
| ২১ | ৩ | সাসক | মাসক |
| ২১ | ৯ | মিরেন | থিরেন |
| ২১ | ১০ | মুথক্কা | মথক্কী |
| ২৩ | ৬ | কৃনে | কৃনে |
| ২৩ | ১৭ | রোইরি | রোইবি |
| ২৪ | ১৪ | স্নুঙলৈ | ঙুঙলৈ |
| ২৫ | ১৯ | অসিগী | অনিগী |
| ২৬ | ১৩ | য়াহাপিনে | য়াইপিলেন |
| ২৬ | ১৮ | সারং | কারসং |
| ২৭ | ৪ | চিয়ি | চিরি |
| ২৭ | ১৩ | অমি | অনি |
| ২৮ | ১৩ | য়াহাক্কতি | মাহাকতি |
| ৩০ | ৩ | মপুনে | মাপুনা |
| ৩০ | ৭ | রু মকক | রুম কক |
| ৩১ | ১১ | লাইপাক | লইপাক |
| ৩২ | ২১ | লপাক | লৈপাক |
| ৩৪ | ২০ | সিতংপাক্কি | সিতাপাকি |
| ৩৮ | ৮ | হাইবদি | হাইরনি |
| ৩৮ | ১৩ | কুন্নুনা | কুন্নুনা |
| ৩৯ | ২০ | ময়েক | মরেক |

থোকলকপা মরিকপু মসানা খংতবগীদমকপু নখুৎ নতুংলোমদা রোনথোকরু হাইবনি ॥ নসাদগী পুথোককদবুনি হাইনা আকপবু কুপগী মখোইতকি খেংতোকপা হাইবনি ॥ মতাং অসিদা নিং-সিংবা য়াই ॥ বেদগী লৈসেমবা ক্ষীরদসাই ভগবানগি খোইদৌদগী থমবাল সাংলগা থমবালদগী ব্রহ্মা পোকপা ॥ মতাং অসিগী অকুপা মরোলদি হিন্দুগী বেদৈগ্যসিংগা লোইননা থননা নৈনরকপগি তাংককতা থমজররগে ॥

---

## থমলাংবা পুরারি

অতিয়ানা মাখুৎতি তুংলোম রোনথোকতুনা ॥ মায়ানা চিনা পুখৎলকলে ॥ লাইপাক পুখৎলকওইকি মামিংতি ॥ লইলংলেনা লই পুবা কৌয়ে ॥ কুলুস্নিতা পানা হাইয়ে ॥ আতিয়া সিতাপা-ওো ॥ লইপাকতি কানানা সেমকাপানো ॥ খিণ্ডকুকি মানমত্ত সেমলুরো হাইতানা ॥ খিণ্ডকুসুণ্ড পিয়কলে ॥ অতিয়ানা খিংকুপু তোংলে ॥ খিংকুকি মমিংতি তিকতা লৈতোংলেন ॥ লইখংপা কৌয়ি ॥ খিংকুপু তোংতুনা ॥ পালিংকি মাখোইতা ॥ আতিয়া সিতাপানা থুংলাপাত্তা খিংকুকি মাথকতা আতিয়া সিতাপানা থুংলাপতা ॥ থিংকুকি মাথকতা আতিয়া সিতপানা লইপাক অতুবু তাথোকহললে ॥ আসিপানা লইপাক তাথোকওইকি মা-মিংতি লইলংলেন লৈতকপা কৌয়ে ॥ লইপাক মাহাকতি হামই মালুম পাকলে ॥ চিথেক ও মাত্তা লৈপাক ভাকতি ॥ পিতাওমা

নোংচুপ ডাকলে ।। কান্নিনা মাথা ডাকলে ।। কারানা নোংপোক ডাকলে ।। নোংতম খুপানা আরাও ডাকলে ।। আতিয়ানা মায়াইতা র য়ুং রোইনা ফমলে ।। আসিপাকা তানানা তুনা ।। য়ুহানে থাগানে চেংডানে মারিমা পোকলে ।।

---

নৈনরোল—আতিয়ানা লৈপাক পুথংলকপাবু ।। লৈরংলেন লৈপু বা কৌয়ি ।। মরিক মফোনসিং অতু অমগা অমগা নপসিননববু থেংকুকি মনমদা সেমবা কৌয়ি ।। অমগা অমগা তিনসিননববু ।। তিকতা লৈতোংলেন ।। লৈখংপা কৌয়ি ।। মরিকসিং অতুনা পাক-থোকলকপাবু ।। লৈরংলেন লৈতকপা কৌয়ি ।। অসুমনা মরিকসিংনা পুনসিনলকপাবু হাজিনলকপবু হাযৈ কৌয়ি ।। অমনা য়িসিংদগী নুংসিংনা হুমলকপদা ফংবা মরিক অতুবুসু হাযৈ কৌয়ি ।। পুন-সিললকপা অতুবু চাইথোকহনদনা ফাজিনবা অতুবু মাইকৈ ডাকপা কৌয়ি ।। য়ুথরকপবু য়ুহনদনা মেনসিনববু য়ুহা-য়ুথরকপবু চেংহনববু য়ুচেংশয়ুবা ফরবদা থাগংলকপবু থারা চেংসিনলকপবু চেংডা কৌয়ি ।।

---

## থমলাংবা পুৱারী

তাইপঙ পানপা মান্নুঙ রোইনাপা ।। আতিয়ানা কোনসিন-তিঙথোকপাপু ।। রাতানাতুনা মুঙসিং মাহালাপা থোকলে ।। লই-পাক আতুপু হারাপানা চাইথাইরে ।। লইপাক মাহাকতি ।।

নৈচিন রোইখিরে ।। অসিপাতি মুংসোন রোইনা খাংলে ।। আ-তিয়া সিতাপাকা তানাতুনা ।। য়িসিংতা তাঔয়িপা খৈপিকপু ।। খোমচিনতুনা পৈসিনতুনা ।। আমালক সেমতৌরে ।। আতিয়া সি-তাপানা মাকি খুয়াতকি ।। মুয়া তাথোকতুনা ঙাপালুম পোক-লে ।। মাঙ্গিংতি হুংঙালেন কৌয়ে ।। আতিয়াসিতাপানা ।। ঙাপা-লুমকি মাসোকতা তোংলাতুনা ।। কুলুত্তানা কাখিরে ।। কুলুনা কাতৌপা লাকপনো হুংলমলে ।। আতি য়ানা খুলমনা হাই-চায়ে ।। কুলুনা লৈপাক নিপা আতুপু অৈনা লৈপাক সেমচা-পাবু ।। হালাপানা মাংহললে ।। আমালকতা পিনাহৌঅো ।। হাইনা খুয়মনা নিজরে ।।

---

নৈনারোল- অতিয়ানা কোনসিন তিংথোক তৌত্নুনা য়েংববু ।। কোনসিন তিংথোকপগা য়াতানানব কৌয়ি ।। কোনসিন তিংথোক-তৌরকপদাগী অকনবা সাফু পিরকপাবু ।। মুঙসিং মাহারাবা থোকলকলে হাইবনি ।। মুংসিংনা অকনবা সাফুপিরকপদা মরিক-শিং পুনশিনলমবা অত্নু চাইথোকলকপা অত্নুবু ।। হারাবনা লৈ-পাক চাইখাইরে হাইবনি ।। মরিকসিংনা চাইথোকখিত্নুনা মচি-মচি খুদিংদা লৈশিনত্নুনা লৈখিববু লৈচিন রোইখিরে হাইবনি ।।

পুনসিললগা মালেম সেমবা য়ারগনি য়াখলদা মুংঙাইরমবা অত্নু ।। মুংসিং হারাবা পুথোকলুবদগী চাইথোকখিরবদা অসিবনা মুঙপংবা য়াখলদু ।। অসিবাবু মুংসোন অোইনা খাংবা কৌরে ।। অতিয়া সিবতগা অসিবগা তানাত্নুনা চাইখাইখিরিবা মরিকসিং অসি

খোমজিনসি হাইজুনা তামন্নবদা অসিবনা খোমজিনবদগী ঙানা থেংনরকপষু ঙাপুরুম পোকপা কৌয়ি। হুং হায়বা শাফুদগী ঙানা থেংনরকলে খংবদগী ঙাপুরুমগী মমিংবু হুং ঙালেন কৌয়ি। ঙানা থেংনরবা অতুদা খোংকম য়োইবপু ঙাপুরুমগী মসোকতা তোংবা কৌয়ে। কু-রুনা অসিবদা কৈদৌবা লাকপনো হংবদা ঐনা লৈপাক সেমনবা মরিকসিংদু পুমশিনজববু॥ হারাবনা চাই-থাইবিরে হায়রাবা অসি অমুক্তা খামজিনখিয়ু॥ হাইজববু লৈপাক শিনৌ হাইবনি ॥

---

## খমলাংবা পুরারি

কুলুনা পুনুঙ ঙাইখোং লংলুক মারুম শিনহোরে॥ অতিয়া সিতাপানা লইপাক পুখৎলকঙইকি মামিংন্তি লইপুনলেন কৌ-য়ি॥ পালিংকি মাখোইন্তা থুংলারে॥ লইপাক মহাকতি হায়ে মালুম পাকয়ে॥ য়ুহানা মুঙশিংলম ঙাকলে॥ য়ুচেংনা মইরম ঙাকলে থারানা লাইচি ঙাকলে॥

চেংঙানা লিকলম ঙাকলে॥ লৈপাককি মায়াইতা॥ আতি-য়সিতাপানা রুয়ুং য়োইনা কমলে॥ আতিয়া সিতাপাকা॥ অসি-পাকা তানাতুনা॥ মাপিংঙাকি পাংকন য়োইনাপা॥ লইখোম তাওনে॥ লৈসাতাওনে॥ নোংসা তাঔনে॥ নোংখোং তাশুনে॥ মরিমা পোকলে॥

নৈনরোল— মরিক মরিকসিংনা পুন্সিল্লকপবু লৈপুনলেন কৌ- য়ি ।। মরিকসিংনা পুনসিনহুনা হাজিনবাবু হামৈ কৌয়ি অহুগা পানথোইবি খোংগুনদা ।। পানথোইবিবু খেক মোই থানবি কৌয়ি পানথোইবিনা হামৈ পিয়ু, হামৈ চাগে হাইবদি অমুক খেকপদা থোকলকপা মরিকপু হামৈ কৌয়ি ।। মরিকসিং অহুবু য়ুথখিদনা হাজিননবা কৌসিন্দুনা হাজিনবা ঙমবনা য়ুহানা লুংসিংলম (কৌক্র) দা ঙাক্লে হাইবনি ।। য়ুথদনা চেৎসিনহন্দুনা মখা তানা পাক- থোক সনদোক হনববু ।। য়ুচেংনা মৈরমদা ঙাকলে হাইবনি ।। মরাক মযুং মঙান নাইনা পাকথোকলকপবু থাম্নানা লাইচি (সন্থোং) দা ঙাকপা কৌয়ি ।। চেৎসিননবা ঙাসিননবনা থুগাইবা ঙমদনবা চিংসিননববু । চেংঙানা লিকলম (চিংখৈ) ঙাকলে হাইবনি ।।

থোরাং অসি লোইরবদা অতিয়ানা ফাদজনলিবা অহুগী ময়াইদা লৈববু ।। রূয়ুং রোইনা ফমবা কৌয়ি ।। অতিয়াগা অসিবগা তানাহুনা লৈপাক খোমচিনবা তাওসিনববু ।। লৈখোম- তাও কৌয়ি ।। নোংশাংনা লৈহৌনবা থোরাং তৌববু নোংশাতাও কৌয়ি ।। লৈখোং-নোংখোং মরা চেৎহননবা হোৎনববু ।। নোং- খোংতাও কৌয়ি ।।

---

## খমলাংবা পুরারী

অতিয়া সিতাবাবা ।। তাইপং মাহুং রোইনাপা ।। কোনসিন তিংথোকপাগা ।। তানাতুনা লইপাক মাহাকপু ।। আমালক চা- থাইরে ।। রূল রোইখিরে ।। আতিয়া সিতাপানা ।। তাইপং

মান্নুঙ য়োইহলকে মিংলাত্তুনা ॥ মাকি থুয়াতাকি তাথোকতুনা কোপি পোকলে ॥ কোপি মামিংত্তি লৈপিকপি কৌয়ে ॥ অাতিয়া সিত্তাপানা ॥ কোপি অো য়িপা কুলু য়োরুঅো ॥ লইপাকস্থং পুন্নুঙ ঙাইখোংলং লুক মারম পিনারকঅো ॥ লাইসোন ১স্থং তাকপিলকঅো হাইনা ॥ কোপিবু সিখংরকলে ॥ কপিনা কুলু তাননা কাখিত্তানা ॥ কুলুনা কপি অো কারি তৌপা লাকপানো হংলমলে ॥

---

লৈনরোল— মাইকৈ চিথেক ৪ মা লাকলবদা ॥ অতিয়াগা কোনজিন তিংথোকপগ তাননছুনা লৈপাক মরা চেংনবা কাইবা ঙমদনবা ॥ হোংনরকপবু রুনগুম্না তাসিনলকপবু রুল অোইরকলবগী রুল য়োইখিয়ে হাইবনি ॥ মরিকশিংন ফমজিনলতুনা কোংথোক য়ারকলববু ॥ কোথি পোকপা কৌরে ॥ কোবিগী মমিংবু লৈপিকপি কৌরে হাইবনি। মতুমতাসিনলকপা য়ারক্ল-বদা পুবা নুংঙাইদে হাইবগীদমকপু ॥ পুন্নুংঙাইখোং লংবা য়ারবগীদমকপু ॥ পুন্নুংঙাইখোং লংলুক কৌয় হাইবনি ॥ কুলুনা কোংথোকপা পুথোকপা য়াহললবা ফাওবা তাকপিরবা ফাওবা তাকলবা ফাওবদা লৈপাক সেমবা লোইদরিবা করিগীনো হাইববু কুলুনা কবিদা কৈদৌবা লাকপানো হাংলমলে হাইবনি ॥

# খমলাংবা পুরারি

কবিনা খুমলে ।। নচা অতিয়া সিতাপানা ।। লইপাকস্নুং পুন্থুড ভাইখোংলংলুক মালমতা পিনারকও ।। লাইসোন আমা-তাসং তাকরিকও ।। হাইচারকয়ে ।। খুমলাপাকা ।। কুলুনা লৈপাকস্নুং পিনারকলে ।। লাইসোনস্নুং তাকপিরকলে ।। কপিবু সিথারকলে ।। কপিনা অতু থৈপিকপু ।। লৈপি তোমসোন মা-লিন ফাংনা কুমথরকলে ।। আতিয়া সিতাপাতা থুংলাতুনা ।। পাওতমলে ।। আতিয়া সিতাপাও ।। নাপা কুলু সিতাপানা ।। লাইপাকস্নুং পিরকলে ।। লাইসোনস্নুং তাকপিরকলে ।। হাইতুনা তমলে ।। আতিয়া সিতাপানা-অসিপাতা ।। লাইসোন আতু তাকপিরে ।। লৈপাক আতুস্নুং পিরে ।। আসিপানা লাইপাক অতুপু ।। চাই থোকতুনা ।। লাইসোন আতুপু ।। লাইপি তো-সোন নপফা হাইতুনা সোনতুনা ।। লাইপাক মাহাকপু নিঙথিনা সেম্নজিডৈতা ।।

---

নৈনরোল—কবিনা খুমলে ।। নচা আতিয়ানা-লৈইপাকস্নু পিয়ু লাইসোনস্নু তাকপিরকরু হাইহুনা লাকপনি হাইনা খুমলবদা ।। লৈপাকতি মরিকশিং অসিনা পুনসিল্লগা মপুং ফাগদবনি ।। লাই সোমদি মরিক মল্লাম নপসিনমগদবনি হাইহুনা তাকপিরকপবু ।। লৈপাকস্নু পিরকলে ।। লাইসোনস্নু তাকপিরকলে ।। হাইনা পাউ-তমলে ।। হাইবনি ।। অপুনবা রোইনা লৈপি তোমসোন নপফা হাইবনি ।।

## খমলাংবা পুরারি

হারাপানা আমারক থুকাইকে হাইনা নিংলিঙৈতা॥ কুলুনা রুলাতুনা॥ কুলুকি মাখোই তাকি॥ খোইনৌ কৌনা মিংনাঙাকি মাসক রোইনা॥ কুলুকি মিংলুতাকি॥ কৌথোকলে মমিংতি॥ তালৈ তালৈ মিংয়েংসেন কৌয়ি॥ কুলুনা খোইনৌ মিংয়েংসেনঅো॥ আতিয়াসিতাপানা॥ লইপাক সেমচাপাবু॥ সেমফাতানা হারা-বানা মাহৌ মাহৌ য়ৈথাইরে॥ আতুপু য়ৈথাইতানাপা॥ হারাবা আতুপু নঙনা কাওহললো হাইনা কুলুকি খুংনাঙৈতা॥ তোংহনতুনা থাংকংলে॥ নোংথাংলৈমা কৌরে॥ নোংথাংলৈমাবু কৌরে॥ নোংথাংলৈমবু কুলুনা হংলে॥ খোইনৌ নোংথংলৈম-অো॥ নঙনা য়েংপাতা নামিংতা কারি রোইপা রুলকপা হংলে॥ খোইনৌ নোংথাং লৈমানা খুমলে॥ কুলুঅো অৈনা মাইকৈ ৮ মাপু লাকনা য়েংপাপু কারি রোইনপাতি রুরকতে॥ মাপুক কনচাওবাকি॥ মাসককুমবা আসিবু করিনো॥ আতুপুতুম রুলকলে॥ হাইনা খুমলে॥

---

নৈনরোল— অসুমনা লাইসোন অসি তাকপিহুনা অতিয়ানা লৈপাক সেমনবা থৌরাং তোরকলবদা॥ হারাবানা লৈপাক অমুক চাথাইখিগে হাঙহুনা থৌরাং তোরকপাদা কুলুনা লৈপাক সেমহললগে খনলহুনা॥ কুরুকি মখোই তাকি॥ রাখল তোর-কপাবু খোইনৌ কৌয়ি কুরুনা মাইকৈ লাকনা য়েংলকপঙ্গা

রুবা ফংববু মিংনাহা কৌয়ি ।। মিংনাহানা লৈনা-লৈনা য়েংববু ।। তালৈ-তলৈ মিংয়েংসেন কৌয়ি ।। খোইনৌ মিংয়েংসেনবু কুরুগী খুৎনাওতা থাংকৎপদগী নোংথাংলৈমা কৌয়ি ।। নোংথাংলৈমা পুথোকপা কৌয়ি ।। নোংথাংলৈমাদা কুরুনা মাইকৈ চমকতা য়েংহনবদা মাইকৈ চমাতা অকনবা নুংশিৎনা হুমববু ।। মাপুক কনচাওবা হারাবা কৌয়ি ।।

---

## থমলাংবা পুরারী

কুলুনা হাইয়ে ।। হে খোইনৌঅো ।। আতিয়ানা লৈপাক সেম-চাপাবু ।। নওনা রুবা হারাবা আতুনা ।। লৈপাক মাহৌ মহৌ রৈখাইতুনা মাংহনলে ।। আতুকি নওবু ওমহনকে হাইবকি ।। মইরিকি মসককুমনা নংপু থাংতোকপানে ।। হাইরাপাকা খোইনৌ নোংথাংলৈমানা ।। মৈরিকি মাসককুমপা ফিসেৎ রোইনা চোংথো-কলকলে ।। আতিংঙা তারংকি মাথকতা ।। তাকুপ তাকুপ তারেং তারেংনা ।। ঙাননা-সানা লৈরে ।। লৈপা আতুপু ।। আসাইকি হারাপা আতুনা লইপাক চাইথাইকে নিংলিঙৈতা ।। মৈরিকি মসক আতুপু ।। রুলাপাকিতমক হিকারিনো ।। তারংকি মাথকতা তাকুপ তারেংনা ।। ঙাননা-সানা লৈরিবা নিংথিবি আসিবু ।। কারিতাগী থোকলকপানো ।। হাইতানা হংকে হাইনা চংখিরে। শুন তা-রংকি মাথকতা তাকুপ-তারেংনা ।। ঙাননা সানা লৈরিবি নংবু পাইমা ভৈকি নুংচংবি ।। তিলাং খোইতাপিবু থোকলারে ।। পেমা নংবু কনানো হংলাপাকা ।।

নৈনরোল— খোইনৌ নোংথাং লৈমদা কুরুনা হাইয়ে।। হে নোংথাং লৈমা অতিয়ানা লৈপাক সেমজববু মংনা রুবা হারাবা অতুনা মহৌ মহৌ চাইথাইবা অতুবু কাওহনলো হাইবগীদমকপু নঙবু থাংতোকলকপনি।। অতুগীদমকপু নমিং নোংথাং লৈমা কৌরিবনি। হাইনা তাকপীরবদা নোংথাংলৈমনা।। মঙান মসা ফুদোকলপবু মৈরি মচুনা ফিসেংনবা কৌয়ি।। মতুবু রুরবদা হারাবনা স্মনতরং অহাংবা অসিদা মঙাল মসা ফুদোকলিবা অসিবু কদাইদগী লাকপনো হাইনা হংনিংলকপবু পাইমা অৈগী মুংচংবি তিনলাং খোঙতাবি কৌয়ি।।

---

## থুমলাংবা পুরারী

লাইরেমানা-হোইতা-হেনাহাপা আপিথক।। লাইকু মারুম খোইচোপপা লইরাইমরুম খোইহাইপা।। লৈতুন হুননা পাওসানা।। য়িপনগী পুলাং লুরোই কাইরেদো।। পুলাং লুরোই কাইবরু।। সিংপিকে হাইপারা সিংপিলোইপু হাইপালা।। য়িপননাপু হাইপানে।। সিংলমলো হাইনা।। আস্নুমনা থুমলাপাতা।। হারাপানা-পাঔরোতে।। অৈতি পেমমা নওপু হুনতেতা।। লৈপাকসংতা লৈপিতো কারা ফানতা ফমপিতো।। মনম মুংসা য়াইপি।। চোমলাং কাইতোই সিবিবু হুনপানি।। পেমা নংবু হুনতেতা হাইনা থুমলাপাকা।। হারাপানা আমারক হাইয়ে।। হে পেমমা নিংথিপি অো।। খিং-খিংলও চাসে পানা মাতক লওচাসে।। খোইনৌ নোংথাং লৈমানা থুমলকয়ে।।

নৈনরোল— নোংথাং লৈমানা ॥ হাৱাবতা হাইরকয়ি ॥ হেনা-হাবা অপিসক লৈকুৎ লৈতমবা ॥ লৈরাই লৈতনবা হোংনরিবা নাহাকনা ॥ য়িপননদি লৈকুৎ-লৈরাই থমলগা মালেম সেমলগা ॥ তাইবংপাননা কুমৈ সান্নাগে থৌরাঙ তৌরিবা ॥ অসিবু তাইবং-পানবা অসি পুননা লৈতরবদি মপুং ফাবা ঙমলোই হাইদুনা ॥ আতিয়াদা থৌদাদুনা লৈপাক সেমহনবা থৌরাং তৌরিবা অসিবু ॥ নাহাকনা থুগাইদুনা সেমলিবা অসি মপুং ফাদরবদি য়ারোই ॥ থুগাইগনু তোকলো হাইদুনা পাউতাক পিরকপবু ॥ লৈকু মরুম খোইচোপপা লৈরাই মরুম খোইহাইবা ॥ লৈতুম হুননা পাওসাবা ॥ য়িপনগী পুলাং লুরোই কাইরেদো ॥ সিংবিগেবু হাইবরা ॥ সিং-বিরোইবু হাইবরা ॥ য়িপননা সিংলমমু হাইনা নোংথাং লৈমানা হাইরকলবদা হারাবানা নোংথাং লৈমাদা হাইরকয়ি ॥ অতিয়ানা লৈপাক সেমবদা লৈপাক সেববা থুগাইবা লৈতে ॥ অতিয়া লৈপাক সেমবদা পাক চাওথোকনবা চাইথোকপনি হাইনা থুম-লকপবু ॥ পেমা নওবু হুনদেদা ॥ লৈপাক সংদ লৈবিদো ॥ করফানদা ফমবি মনম নুংসা য়াইবি ॥ চোমলাং কাইদোইসিবিবু হুনবনি হাইনা থুমথিবনি ॥ হারাবনা নোংথাং লৈমদা অমুক হননা হাইরকই। হে পেমা নিংখিবি নওসু মালেম চাওথোক-নবা পাকথোকনবা হোৎনসি হায়দুনা তাকলকপবু হে পেমা নিংথিব্বিঅো ॥ থি খিং লৌজসে পানা খতক লৌজসে হায়বনি ॥

## খমলাংবা পুরারী

হায়িপুং নাহাপা য়াওলোতাকি সাডাইনা মাচিনা কেকারু থোকতারি ॥ লনহালপুংকি কাকফৈনা মানানা হুমমাইসাতারি ॥ তোকফমদগী ডামুমা খোইচুনা তোললোঙচিনতারি ॥ কোংপাতাকি ডাখানা ফোলাংমা কানকলাকতারি ॥ সুকনা মহৈ য়ানতারি ॥ য়াংকোকনা মাপাল সাতারি ॥ নোংমৈ লৌজরো ॥ আসুমনা পাউরৌ ডমলাপাকা ॥ লৈপাক আতুতি আতিয়াসিতাপাবু সেমবা লোইহললে ॥ লৈপাককি চিথেক চিথেক মরিমতা চুপসেম থারে ॥ চুপকি মমিংতি লিকলমতা ॥ রু লৈবানে ॥ মিং লমতা রু লেংপানে ॥ মইরমতা রু লিংপনে ॥ লাইচিতা রু লংপনে ॥ কারনকি মায়াইতা ডানতুরেং কৌনা সেকচুপ রোইনা য়ুংলে সেকচুপকি মাথকতা ॥ কাপতুরোইনা লেংলে ॥ মামিংতি লৈতু লেং ॥ নোংতু লেংবা কৌয়ে ॥ তুনা লেংলে ॥ আতুকা নোংয়াই মাম্রি রোনপাকনাকা ॥

---

নৈনরোল— খোইনৌ নোংথাং লৈমনা অমুক হাইরকয়ি ॥ থবক য়াওরুদবদি সেমতোক সাদোকপা তৌরুদবা লমহাং রোইনা লৈনবা হোৎনববু য়াওরৌদগী শডাইনা মচিমা কেকারু থোকতারি হাইবমি লমবি লালনা চংপাবু লনহামপুংকি কাকফৈনা মনা হুমাই সাদরি হাইবনি ॥ আতিয়ানা লৈসেমবদা থুগাই-রিবা অসিবু তোকফমদগী ডমুনা খোইজনা তোলোং চিনতারি

হাইবনি ।। কোংকোন রোইনা মাংহনলিবা অসিবু ।। কোংবদগী ঙাখানা ফোলাং কানক লাকতরি হায়বনি ।। অম্নকপ মোংসোং লৈতারিববু । স্নকনা মহৈ য়ান্দবা কৌয়ি । য়াংনা কোকথোকপবু ।। য়াংকোকনা মপান সাদবা কৌয়ি ।। নংনা ফনা থুগাইহুনস্নু কুরুনা তাইবং কুমৈ য়েংনবা থৌরাং তৌরিবা অসিদি, নোংমদি মপুংফারগনি হাইনা ফোংদোকপবু ।। নোংমৈ লৌজরো হাইবনি ।। অস্নমনা হারাবা অমদি নোংথাং লৈমগা পাওরৌনরিঙৈদা ।। অতিয়ানা লৈরোন অমা সেমবা লোইহৌহুনা ।। চুপসেন থাহুনা ফাখিববু ।। লৈতুলেংবা নোংতুলেংবা কেয়ি ।।

## খমলাংবা পুরারী

নোংয়াই মরি অোনপাকা ।। চাওরা মাপান থাপাকা ।। অনিমকনা ।। পলিং আমালক থাহৌরে ।। লৈসাতাওনা নোংচুপ ঙাকলে ।। নোংসাতাওনা খাঙাকলে ।। মোইথোমতাওনা নোংপোক ঙাকলে ।। নোংথোমতাওনা আরাং ঙাকলে ।। মাখোই ১২ মানা ঙাকতুনা ঙমলে ।। অস্নমনা হাইলাপাকা হারাবনা খুমলে । হৌচিকতি অৈনা তৌপা ঙমলারোইয়ে ।। হাইনা খুমলে ।। পাওলৌতি ।। রাথু লুপি মইকামরো ইচিন তুময়ি কামফাদে আস্নমনা পাওলৌনায়ে ।।

---

লৈনরোল— নোংথাংলৈমগা হারাবগা পাউরৌনরিঙৈদা অতিয়াসিদবনা লৈপাকপু চুক সেনথাহুনা ফাজিনহুনা হারাবনা থুগাইহবা ঙমদববু । রাকথুরুবি মৈকামলো য়িচিন তুমমি কামফদে হাইবনি ।।

# খমলাংবা পুৱারী

অতিয়াসিতাপানা হাইরে থিংকুঅো-লইপাক অসিগু ।। মায়ুং মাঙান চাওনপা ।। লৈপাক থানাপা আমা সেমসে ।। নংপু লাকঅো হাইয়ে ।। থিংকুমা হোই অৈনা পুপাতি ।। নানুং ৱোই-লালোইয়ে ।। য়িখোইতুম তানাতুনা পাফল তোকলেন লিঅিংপান বা পোকসে হাইতুনা খুমলে ।। পাওলৌনপা য়িসৈতি ।। থেংকু অো আঙাংপো য়িনম পোললি পোফাদে ।। আস্তুম সকনায়ে ।। আতিয়ানা আসিপাঅো ।। লইপাক মানুঙ অোইনাপা মাপিংঙা তানারে ।। আসিপাকা থিংকুকা ২ মানা ।। পাফল পোকলে ।। পাফল পোকলাপাকি য়িহৈতি ।। আথিং কোকলে খিংকোরে ।। থিংকো লাংমৈ থিংকোরে ।। আস্তুমনা সকয়ে ।। লইলোন আমা-তি ।। লৈপাক পুখংলকতানা কুলুকি ফমপিনে ।। থিংকুনা লৈ-ৱোন আমা পুরে ।। লৈপাক পুপা থেংকুকি মামিংতি ।। কুলু-তিকতা থিং কুলুং লৈপুপা কোয়ি। থিঙকুকি মানাকতা লৈ-পাতি ।। লইনুং খোমসি ৱিবানে ।। লাইরেন পোৱোম থেংপানে ।। থাৱামে নোংয়াই মারি ৱোনবানে ৪ মানা লৈয়ে ।।

---

নৈনৱোল— অতিয়াসিতপনা মৱিক মৱিকশিং পুনসিননরগা লৈপাকপু পাকথোক চাওথোকহনগে হাইনা থৌৱাং তৌববু থিংকুঅো লৈপাক অসিবু ময়ুং মঙান চাওমবা থানবা অমা সেমসি হাইবনি ।। থেঙকুনা মৱিক মৱিক অসিনা পুনশিনহুনা শমজিনন

দরবদি রোইবা ভয়োই হাইববু ।। অৈনা পুবদি মনুংরোইরোই হাই-বনি ।। মরিক-মরিকসিংনা সমজিননরকপবু ।। তোকলেন লিসিং পানবা পোকসে হাইবনি ।। মরিক অমতনা মালেম মপুং ফাবা ভমখিদবব থেঙগুজো অঙাং পো য়িনম পোনলি পোকদে হাই-বনি ।। মরিক মরিকসিংনা পুনসিনলগা চাওথোকলকপবু ।। কুরু তিকতা খিংকুলুভ লৈপুবা কৌয়ি হাইবনি ।। নরিকসিংনা খোম-জিন্দুনা পুনসিনববু লৈনুং খোমসিরিবা কৌয়ি হাইবনি । মথং মথং পোননরকপাবু ।। লাইরেন পোরোম থেংপা হাইবনি ।। মরিক মরিকনা পুনসিনতুনা নপসিনলবলবদা চাওথোকলকপবু থারা কৌয়ি হাইবনি ।। পাকথোক চাওথোকলকলবদা মঙাল থোক্লকপবু নোংয়াই মরি রোম্বা কৌয়ি হায়বনি ।।

---

## খুমলাংবা পুরারী

আতিয়া সিতাপামা ।। মাপুক নিংসিংলকলাতুনা ।। কুলু তানাকাখিরে ।। কুরুনা কারম তৌরাপা হংঙমলে ।। আতিয়ানা খুমলে ।। কুলুনা লাইপাক সেমজো হাইপা আতুপু লেরোন আমা সেমলে ।। লাইপাক মানুং তোইপা ভমতাপাকি ।। কুলু ভাননা লাকপানে হাইনা খুমলে ।। কুলুমা হাইয়ে ।। আতিয়া সিতাপাজো নোংথৌ মারোল ৯ সুনাপা লইপাক মরোল ৯ সুনাপা সেমলুরো হাইতানা ।। লাইসোন তিনসোন ।। তাকপিরকলে ।। আতিয়াসিতাপানা মাকু তোংহুনা কাখিরে ।। নোংথৌ মারোল

আমা সেমলে ॥ নোংথৌ মথোল অতুতা লৈপা ॥ সৱালেন মমিংতি ॥ ভুহিংঙাঙ তালঙপা ॥ পাহিং ঙাং তালঙপা ॥ তুখিং-লিক কুং কুংচি ॥ তুখিং তালং পুমতালং কৌয়ি ॥ মুনাকতা পকনা লৈপাতি ॥ খিং খিং কুপতারং ॥ কুপ তারেং চুম্নালেঙ কৌয়ি ॥ মাথকতা তোংলাপাকি মামিংতি ॥ ৱ-হিং-হ-সুম-রেং-ঙাং নোংলৈঙাং-হিং-কৌনা সেমলিঙৈকি চকতি ॥

---

নৈনরোল—আতিয়া সিতাপানা ॥ লৈপাক মরোল অমা সেমলবদা লৈপাক মপুং লেপপা য়ারগদৱা হাইদুনা হংলবদা কুরুনা হাইরকয়ি ॥ আতিয়া সিদবত্তো ॥ লৈপাকসু মরোল ৯ সুনবা নোংথৌসু মরোল ৯ সুনবা সেমগদবনি হাইনা তাকলকলবদা ॥ আতিয়ানা নোংথৌ মরোন অমা সেমনবা মকু তোংদুনা কাখিৱগা নোংথৌ মরোল অমা সেমবা হৌরে ॥ নোংথৌ মরোল অতু কাইব ঙমদনবগীদমক ॥ তুহিংঙাং তালংবা ॥ পাহিংঙাং তারংবা ॥ তুখিংলিক কুং কুংচি ॥ তুখিং তরং পুম তরং কৌয়ি ॥ পুমনমক অসিবু চাইথোকহনদনা ফাজিনলিবদি ॥ খিং-খিং কুপ তরং কুপ তরেং চুমারেং কৌয়ি ॥ পুমনমক অসিবু কাজিনলিবা মিংথৈতি রহিং হসুম রেং ঙাং নোংলৈঙাংহিং ॥ অসিনা ফাজিনদুনা নোংথৌ মরোন অমা সেমলে ।

---

## খমলাংবা পুৱারী

চাহৈ লাখা ১ লিসিং ৬ না চাহৈ ১ তা ৎইনৱয়ে ॥ চাহৈ ১৫ না থা ১ তা রোইনায়ে ॥ থা ৬ না নুমিৎ ১ তা অোইনয়ে ॥

হুমিং ১৭ নি য়ুথক ৪ না য়ুথক ১ তা ৱোইনয়ে ॥ হুমিং ২ য়ুথক ৮ না পুঙ ১ তা ৱোইনায়ে ॥ য়ুথক ২ পুঙ ৮ না মিকুপ ১ তা ৱোইনায়ে ॥ পুঙ ২ কোংকহৈ মিকুপ ১ না নিংসা ১ তা ৱোইনায়ে ॥ মিকুপ ২ কোংকাই নিংসা ২ কোংকাই নাহুম ৪ না নাহুম ১ তা ৱোইনায়ে ॥ নিংসা ২ কোংকাই নাহুম ২ কোংকাই পুকনিং ৪ না পুকনিং ১ তা ৱোইনায়ে ॥

---

নৈনারোল—নোংথৌ মরোল অমা সেমবদা চংলিবা চহি অসিদি ॥ হৌজিককী মীৱোইবনা থংনরিবা থা নোংমা পানবদগী হৌরগা থাসি ফাওবনা থা ১ সাহুনা চংনরিবা অসি হুমিং ৩০ নি মপুং ফাদে ॥ হুমিং ২৯ গা তংথাইদা লোইখিবনা থা ১২ না চহি সারকপদা হুমিং ৩৫৪ দা লোইখিবনা ॥ হুমিং ৩৬৫ ১/৪ অহুগা হুমিং ৩৬০ নি অমদি হুমিং ৩৫৪ না চহি সাহুনা চহি মথল অহুম অসিগী থোংচং চানা হননবগীদমক ৱোইনা ॥ হুমিং ১ দা থাবান ২ পুনসিনবা অহুগা থাবান অমনা হুমিং নিনি চংহনলিবা অসি মীৱোইবগী থুংসেমনা থুগাইবা ঙমলোই ॥ অহুনা মরক মরকতা থারোননবা হাইহুনা লাকলিবনি ॥ অহুগা য়িপা য়িপুসিং না থমবিরমবা ঐথোইগী পুংলুপ সাকোক লমলেন পুয়াদগী লৌথেকেচহুনা সোক ১৯৮১ পানদম চেক্কোং অমদি সোক ১৯৮৯ দা ফোংখিবা লাইনিং লমচংতা হৌজিককি পুংলুপকা চাননবাস্থু পুথোকচগ্রবনি ॥

# অহুলশিংগী নৈনৱোল

মুণ্ড-পাল পোনপি মুৱাওবা পুয়াদা মথকতা হৌখিবা আহনসিংনা নৈনখৱরা য়িরেং পুৱারীগী শরুক খৱদং মতাং অসিদা পুসিনজরককে ॥ য়েনসেনবা ৱূমাগী লাইরিক ॥

খোইমোম অসিবনা ॥ মপন কোলোই ময়াথংবু তাংজলুদা থোংনা ॥ মালেম লৈহৌচা ॥ কোরৌ নোং সেমজববু ॥ সানৌ লৈরাং অতোনবা ॥ খোইমোম কোনসিন তিংথোকপনা ॥ মালেম লৈপোক থোকহনলবদা ॥ মসাবি খোইমোম অসিবনা ॥ ৱূনবি মখোইসাওনা ॥ মপল খোইমোম সিদবদা ৱাহৌমখি ॥ হে পনথৌ খোইমোম সিদবাঔ ॥ চিংঙু কোলোই ময়াথংবু তাংজ লূদা থোংনা মালেম লৈহৌজববু ॥ য়িসানৌ লৈরাং অতোনবনা মালেম লৈথিন-কাইরে চিংঙু ময়াথংবু পুওমদবগী ॥ তাংজ য়িকাইরে ॥ হাইনা পুরুমজরবদা ॥ খোইমোম সিদবীনা ॥ মপারীগী চেংলৌ মসক য়েংনা মুংঔনখি ॥ পুমুং মরেপয়েংনা মুংশিখি ॥ মপারিগীদমকপু মালেম লৈতোন লোমনবা ॥ লাইসোন মসিংমু-লৌশিং মাসিং মুনা ৱূনবী পুকলিং থুংনা সিনতম পিরবদা ॥ মপল সনা মখোং-থাবু ॥ পুলুমজরবগা থিংলৌ নিংনা তেনা ॥ মালেম লৈহৌজখিয়ে ॥ কোরৌ নোং সেমলিইওদা ॥ খোইমোম কোনসিন তিংথোকপনা মালেম লৈপোক থোকহনগে হাইবসীবু ॥ সংলৌ মথৌ লাংলে ॥ য়েলাংমওম তমখিপবু ॥ খোইমোম সিজবনা ॥ চেংলৌ মিংখিং-লবগী মিংয়েং সানথৈরবগী ॥ চিংঙু পাইমা মহকসাংবী ॥ য়োইবু

খোইমোম লাইরৈম্বাবু ।। কোরৌ নোংলাংপান্দা থাংজোকলে ।। য়োইবু নোংথাং নৈমদি ।। চেংলৌ মিৎপু লংনা রুনবি পুকনিং হুবিনিগানা ।। কোরৌ নোংলাংপান অতিংঙা অহাংবদা ।। তকুপ তরংনা মিৎথিংলবগী অমাইঙৈগী ।। চিংঙু অতোনবনা ।। রুনবি পুকনিং ঙকনা হিকরিনা ।। চেংলৌসক অোনথোক্ক পুন্নং লেপপনা থোক অসিবু রুথোকতে হাইনা য়াবা তুকুপচুংনা মিৎয়েং সান-খৈথিঙৈতা ।। খোইমোম সিদবনা মপারি অহলবু পাও কৌথি ।। মপলকি সমুমাংদা থানা ।। লাইরা মসিং স্তনা আকার মাপুম লাকনা আগোম-সিগোম-নিগোম বেদ পুরান ।। অকারয়েকার অোকার মসিং স্তনা ।। অৈকার মসিং মাপুম লাকলবদা ।। থৌবি লৈক্কালবনা লৈকানলে ।।

ঙাঙোই লৈলামবিনা লৈলামলে ।। য়ুচেংয়াওনা য়ুহায়াওনা করায়াওনা কারি য়াওনা হুরা ঙাইখোং সিনস্থু লুকতাকি ।। মালেম লৈতোন লোমথিরে ।। কোরৌ নোংখোং লোমথিরে হাইদবরা ।।

---

নৈনরোল— য়েনসেনবা রুমানা থম্মবিরমবা নোংবান পোনবি লুরাওবা পুয়া অসিদা নালেমদা লৈরিবা মীরোইবা খুননাইসিং পুমনমক অসিগী রোইনা ময়েক পুন্নমক মরিক্কতগী লৈয়ি থোক-লকই ।। লৈয়িদগী ময়েক পুথোকলগা বেদ পুরানসিংনচিংবা পুথোকথিবনি হাইতুনা ফোংদোকপিরমলিবা অসি অৈখোই পুম্ন-মকপু য়োকখৎপিরমবনি ।। অৈখোইবু য়োকখৎপিরম্বা য়েনসেনবা রুমাবু য়িকাই থুম্নকম থোকয়ি ।। অতুগা নোংপান পোনবি লু-

ব্রাওবা পুয়ানা য়ুমকম অোইয়গা শোক ১৯৭৩ দা ফোংদোকচ-
তুনা শোক ১৯৮১ মৈতৈ চংলম য়াংপী লোইসং রে: নঃ ৩২৫৬
সনা কোন্নুং ইমফালনা লৌথংপিখ্রবা "লৈহৌ-নোংহৌরবা ময়েক্কী
হৌরকফম" তাং ৩০ | ৩ | ৮১ দা হায়রিবা লাইরিক মচা অসি
মীয়ামনা নৈনবিনবা শানথোকচখ্রবনি ।।

---

# খমলাংবা পুরারি

আতিয়া সিতাপনা ।। আসাইকি মাফম ।। পালিংকি ময়াই-
তা ।। হনথালকতুনা ।। ম্যাথোং কারলনানা ।। মফমলিঙৈতা ।।
তিনপোককে নিংলাতুনা ।। পাফল তোকলেল লিসিং পানপাবু
কৌরে ।। পাফলরো য়িখোইকি ।। পাংকল রোইনপা ।। তিন-
পোকলো হাইয়ে ।। পাফলনা তিনপোকপতি ।। তিলয়িরেন
লাইয়িরেন ।। য়িখৈরেন ।। য়ুতাংরেন ।। তাওরোইনাই ।। ৫ মা
পোকলে ।। আমালক পোকপাতি ।। তিনমুলেন তিনঙৌরেন
লাইমুরেন-তিনঙাংলেন ৪ মা পোকলে আতিয়া সিতাপামা ।।
পাফনকি মাথকতা ।। লৈপাক সেমকে হাইতুনা ।। পাফল মাহাক-
পু ।। লাই আয়ামপানা ।। লিরোন খোইরোন ।। লোললি-
ঙৈতা ।। পাওথংনাপা য়িসৈতি ।। পুরুমহা-পুরুমহা লিখাও
লিখাও ।। খং খং খংচিনছুনা ।। নাতৈ আনিমাকি মারকতা ।।
চুসিননারে হাইবকি ।। কাকলেন খুচিল চু-চু আসুমা সৈনায়ে ।।
পওফকসা ।। খাংচেং ফকসা ।। হৈকোইফফকসা ।। হংকেনফকসা ।।

লাইচিং ফকসা ।। চকপি ফকসা ।। নিংথাং মাথাং ।। কৈৱোই য়ুংখং ।। লিরোন খোইরোন ।। লিসি খোইসি ।। লিথু খোইথু ।। লিফা খোইফা ।। লিসেম খোইসেম ।। লিতিন খোইতিন ।। স্থনা পারৈ ।। লংখুলৌ কোইনা ।। তিনসিনলাপাতা ।। আতিয়া সিতাপনা ।।

---

নৈনরোল— অমগা অমগা তোঙান তোঙান লৈরমবদগী অমগা অমগা নাতৈ য়েংহনা তাইসিননববু। তিনপোকপা কৌয়ি ।। অমগা অমগা নাতৈ চুসিননববু। কাকলেন খুচিন চু-চু লাইবনি ।। থেংগৌ ফিথুপ অহুগা মীৱোইবমা পয়ানা সাহনা সিজিননরিবা পরম খুদিংমকপু ।। পংফকসা হৈকোই ফকসা হাইবনি ।।

---

## খমলাংবা পুৱারি

পাফলকি নাথকতা ।। লইপাক সেমকে ।। হাইতুনা চাঙোল চানিং ।। সাপাকুমনা সাৱাপাতা ।। পাফলস্থং মপুক ফারে ।। পাফলকি মমিংতি ।। তিনসং তিনপুক খাইতোক তারংবা ।। চিকিং সানা য়েংতালৈবা কৌয়ি ।। আতিয়া সিতাপানা ।। থিংবুপু কৌরে ।। থেংকুনা য়েংতা ।। পাফলনা ৱোইতা ।। আসিপামা ময়াইতা ।। আতিয়াসিতাপানা ও মাকি ।। মাথকতা তোংথংলাতানা ।। পাঔ লোপা যিয়ৈতি । থেংকু নমপোনা নোই নোই ।। হাৱাই থাংপাক মাথাংপাক ।। চেংপি লৌইয়া মালোইয়া ।। লমলোই খালোই থাচিকয়ে ।। থাচিক থাফাংনা ।। আম্বমনা সকতুনা ।। থিংকুনা

পুপা ॥ লৈরোনকি ॥ মাথকতা পাফল থারে ॥ আসিপাপু পাফলকি মথাকত্তা ॥ লইরোন অমা সেমহললে ॥ পাফলনা পুবা লইরোন আসিকি মাথকতা ॥ ঙাকপাতি চকপারিংপানা নোংচুপ ঙাকলে ॥ তাওমালিংপানা খা ঙাকলে ॥ মুংমালিংবানা নোংপোক ঙাকলে ॥ পামালিংপানা আরাং ঙাকলে ॥ তুমহারাবানা লিকলম ঙাকলে ॥ তুমমালিংবানা নোংসিৎলম ঙাকলে। মানচিপানা লাইচি ঙাকলে হাইসাবানা মইরম ঙাকলে অতিয়া সিতাপানা মায়াইতা মাখোং

---

**নৈনরোল—** নাতৈ অনি চুসিনববু চাঙাল চানিং সাবা কৌয়ি ॥ নাতৈ চানাহুনা নানথোকপা ঙমনদববু ॥ পাফল মপুক ফাবা কৌয়ি ॥ তিনসিনবা খাইদোকপা ফাজিনবা পুনসিনবা তৌপাপু ॥ তিনসং তিনপুক খাইতোক তারংবা ॥ চিকিং সনা য়েংতালৈবা কৌয়ি হাইবনি ॥

---

## খমলাংবা পুরারি

কারননানা ফমতুনা ॥ পিসাতাঔঅো ॥ লইপাক মান্নুং অোইনাপা ॥ নিংসিংঅো হাইলাপাতা ॥ লইনুংসানুকা রাতানাতুনা ॥ অোকক্কা সামুকা পোকলে ॥ আতুকা আতিয়া সিতাপানা ॥ আসিপাপু লাওঅো ॥ তাইপং পানপা আসি খৈপিকস্নু নঙকিনে ॥ লইপাকস্নুং নং সেমঅো ॥ য়িফম আসিস্নুং নঙ ফমলো হাইনা সিননারে ॥ আতিয়ানা আসাইকি মাফমতা কাখিরে ॥ লইরোন আমাতি রোককি রোইরে ॥ রোককি

মাথকতা ॥ পাফনকি নাওফম থারে । অোককি মামিংতি ॥ থুকহিং খিকসৌ কৌয়ে ॥ মনাকতা লৈপাতি ।। স্নুলৈ নিংতোং বানে ॥ চাওরা মপান থিপানে ॥ লইনুঙ পিসিনন্নুনে ॥ ৩ মানা লৈয়ে ॥ রোককা সামুকা পোকউকি ॥ য়িসৈ পাত্তরৌনপতি ॥ পিং তারেং পিং তারেং সনচং লাইচং ॥ সমপিং সমপিং ॥ আস্নুমনা সৈয়ে ॥ অসিপানা মাকু তোংতুনা কাখিরে ॥ নোংথৌ মারোন আমা সেমলে ॥ মারোল অসিতা কৈপা সারালেন মমিংতি ॥ মি-মি-কুরুহিং-হিংতুহিং কৌয়ে ॥ মানাকতা চাখা খোংচোনপি ৬ মানা লৈয়ে ॥

---

নৈনরোল— আতিয়ানা মরিকসিং পুথোকপবু লৈন্নুংসান্নু কৌয়ি ॥ মালেম মপুং ফানবা মরিকসিং অোকনবা পুথোকতুনা সমসিননববু ॥ অোককা সামুগা পোকপা কৌয়ি ॥ থৌরম মচাক স্নুন লৈরববু ॥ স্নুলৈনিং তোংবা কৌয়ি ॥ মচাকশিং অতুনা পুন-সিনলগা চাওথোকলকপবু চাওরা মাপান থাবা কৌয়ি আস্নুমনা মমিংসি অসিনা ফোংদোকয়ি ॥

---

## খমলাংবা পুরারী

অসাইফি মাফম আতুতা আসিপানা হনথরকতুনা ॥ আসি-পানা সামুপু কৌরে ॥ নওনা লৈরোন অমা পুঅো ॥ হাইতানা সামুকি মাথকতা রোককি নাওফম থারে ॥ সামুকি মমিংতি পিসান্নু কেতিংয়েং কৌয়ে। লাতোং কেংমান্নুং কৌয়ে। মানাকতা

লৈপাক্তি ।। মুচেংনে ।। থওপি লৈফনপিনে ।। পিসাতাওনে ।। আহুম মানা লৈয়ে ।। অসিপানা মাকু তোংতুনা কাখিরে ।। নোংলোন আমাত্তি ।। থাব্রাইপিচাক আপকমানে ।। আতুতা লৈপাসারালেনতি ।। মমিংতি সং তারেং তাকুপ তারেংপা কৌয়ে ।। আসিপানা ।। আসাইকি মাফমতা হলথখিতুনা ।। লইরোন আমাত্তি তিনমুরেনপু ।। লাই অয়ামপানা ।। লিরোন খোইরোন লিসি খোইসি ।। মুনা পালৈ লংখুরৌ ।। সেমলিঙৈতা পাও লৌনপা য়িসৈত্তি ।। তন তন ফাইপোক লিচাও-খিয়াও-খিয়াও আস্তমনা সৈয়ে ।। মানাকতা লৈপত্তি ।। লৈফুলেন কিং নাইপানে ।। য়ুহানে ঙাংঙোই লইলামপিনে ।। ও মানা লৈয়ে ।। আসিপানা ।। মাকু তোংতুনা কাখিরে ।। নোংলোন আমাত্তি থানে ।। থাতা লৈপা সারালেনকি ।। মমিংতি কারে লইসং সানা ঙাংতা লুপা কৌয়ে মামাংতা থাপানা লৈয়ে ।। থাপু য়িলুপিপাত্তি ।। চারোল রাই-রুলেন কৌয়ে ।। সেংপিলু পিপাক্তি মাহাকনে ।।

---

নৈনারোল—হৌজিক হৌজিক ।। কোরৌগা ।। মালেমগা অনিনা চিংসিনবগী মপাংগন লৈরিবা অসি ।। মহৌসাগী কোরৌ মালেম সেমবদা য়েৎননা সেমখিবদগী চিংসিননববগী থৌনা লৈরিবনি ।।

---

## খমলাংবা পুরারী

আসিপানা আসাইকি ।। মাফমতা হনথরকতুনা লাইমুলোনপু ।। লাই আয়ামপানা ।। লিরোল খোইরোন ।। লিসি-খোইসি ।।

সেমলিডৌদা পাঔ লৌনাপাতি কৌথেমপি ॥ কৌথেমপি ॥ কৌনা মাতোন ৱাইনাসে কও-কও ॥ অম্মুমনা পাউ লোয়ে ॥ লৈমুরেননা লৈরোন আমা পুরে ॥ মানাকতা লৈপাতি ॥ তারং খেংহুন্নচানে ॥ লৈন্নুঙ ছিপোকপিনে ॥ লৈহক লৈয়ারেননে ॥ হিরৈমানে ॥ ৪ মানা লৈয়ে ॥ আম্বিপানা মাকু তোংভুনা কাখিরে ॥ নোংলোন আমাত্তি চুৰিংনা অোইয়ে ॥ মানাকতা লৈপাতি ॥ নোংমাং-লেন আপোংপা কৌয়ে ॥ তারংঙাঙ ঙাংতুঙাং মিংসারেংম্ব কৌয়ি ॥ মমাংতা সাচিকনা লৈয়ে ॥ মুমিংপু খিলুপিপাতি ॥ সিনস্থ ঙাংস্থ কৌয়ে ॥ সেংপিলুপিপাতি মানে ॥ আসিপানা ॥ আসাইকি মাফমতা হুলথারকলে ॥ লৈরোন আমাত্তি ॥ তিনচাওরেননা পুরে ॥ চাঙাল-চানিং সাপাকুমনা ॥ লিলোন খোইলোন লিথু-খোইথু ॥ স্তনা পারে লংখুলো ॥ পঙ ফকসা-খাচেং ফকসা ॥ সারিঙৈতো পাউলৌনাপাতি ॥ হোইলৌ হায়া ॥ হোইলৌ হায়া ॥ হায়া সোই ॥ হায়াসোই ॥ হিংসোই-হিংসোই ॥ হেহুপ-হেহুপ ॥ আম্মুমনা সকয়ে ॥

---

নৈনরোল— মরিক মরিকসিংনা নাতৈ হোরমবদগী কাওসিনহনা মেনশিনববু ॥ কৌথেমবি কৌনমতোন ৱাইনসে হাইবনি ॥ নোং-মগী মাংদা সিনথা পুহনা চংলিববু সিনস্থ ঙাংস্থ কৌয়ি হাইবনি পুমনমক অসিবু হোইথোকলকপদগী হোইরো কৌবনি ॥ মমিংসিং অসিদি থবককি থোরোং তাকপনি ॥

# খমলাংবা পুন্নারি

মানাকতা লৈপাত্তি ॥ লই হুইলেন লৈসৌপানে ॥ ণিং-পিনে ॥ কামালিপানে ॥ য়াইলৈমনে ॥ থাপিলুকোক চান্নুনে ॥ নোংলোন আমাত্তি লৈচিন পুয়ে ॥ লৈচিনগী মাথকতা ফমনা ফমলিবা সারালেনত্তি ॥ থোংন্নাইরেন কৌয়ি ॥ ন্নিঙ্গা-থয়িঙেন-কুমশা-থাসাপা নোংচু আহানপাস্নুং ॥ লেন তাহলপাস্নুং ॥ নেংমৈ সিঙ্চং তাবাস্নুং ন্নুল তাহলপাস্নুং ॥ ন্নু ন্না নাপী সিংপি ॥ হৈ-লা মাতোন চোংহলপাস্নুং ॥ চুমমিথাং খালপাস্নুং মানাকতা ॥ চিং চালোইবিনা লৈয়ে ॥ আসিপানা মাকু তোংতুনা ॥ কুলু তানা কাখিরে ॥ লৈপাক মান্নাল ৮ মাস্নুং সেমলে ॥ নোংথো মারোল ৭ সেমলে ॥ হাইনা পাওতম লাকপাতা ॥ নঙনা আতু সেমলাপত্তি ॥ লৈপাক মান্না চেৎনপা ॥ নাহাক ন্নুং সেৎ হাইনা । চাইখাইন্নো হাইতুনা ॥ শিথান্নকলে ॥ লাসিপানা আসাইকি পালিংকি মায়াইতা থুংলান্নে ॥

---

নৈনরোল— অত্তিয়া সিতাপাকা অসিবগ অনিনা সায়োন কয়া পুথোকতুনা মিংথোন কয়া হোংতুনা মালেম লৈসেমবা কোন্নৌ নোং সেমলকপনা লৈরোন ৮ সেমলবা কোরৌনোংলোন ৭ সেম-লবদা তাইবংপানবা মপুং ফাবা ঙমদতুনা ॥ তাইবংপানবা মপুং ফানবা থৌরম হংজখি ॥— কুলুনা অসিবদা তাইবংপানবা মপুং ফানবা থৌরমদি নহাককি নসা অতুনা চাইখাইতুনা মালেম লৈ-কান্নো তাকপিন্নে ॥

# থনলাংবা পুরারী

কুলুনা তাকপিরকপা ॥ আতুপু নিংশিংতুনা ॥ রুং সেং হাইনা চাইথাইরে ॥ মাপুকনা নোংথৌ রোইরে ॥ মামিংনা তুমিং-থা রোইরে ॥ মাতুতাকি ফুখৎপানা ॥ থারাই পিচাক ॥ খোংচোমহুপি আপকমা রোইয়ে ॥ লিনথুপনা ॥ য়িরিল-থৌপান তুলেন আহুমমা রোইরে ॥ য়িনা-য়িসিং রোইরে ॥ মাখোইন পিস্থম রোইরে ॥ মামিংতি চিপুঙলেন কৌয়ি ॥ থোম য়েংনা ললহামপুঙ রোইখিয়ে ॥ মামিংতি সানাহিং রানসৌপুং কৌয়ে ॥ রোইনা কোংবা পুঙ রোইখিয়ে ॥ মামিংতি পুঙমিংলং রানসৌ-পুং কৌয়ে ॥ নিংসানা হুঙসিৎ রোইয়ে ॥ সিংথানা মই রোই-য়ে ॥ য়ুপঙকা পৈকানা ॥ চিংমান আয়মপা রোইয়ে মাহোপনা লইপাক ফানায়ে ॥ সিনুঙনা সননাচিং রোইরে ॥ হুঙকংনা কেতু রোইরে ॥ মাকন মায়ুংপংনা ॥ হুঙমুসিতা আোইয়ে ॥ মাথা-বাকনা থৌআোইয়ে ॥ থৌদি সিতাপা মপুকি ফমপিনে ॥ খুঙ-সাপিতি মিরু আোইয়ে ॥ থৌদি সিতাপা মাপুকি ফমপিনে ॥ খুঙসাপিতি মিরূ রোইনায়ে ॥ মাতু লৈহৌপানা ॥ রু-রা-আ-য়ামবা রোইয়ে ॥ মায়ানা য়োং আোইয়ে ॥ মালুনা হুঙ রোইয়ে ॥ মাখুং য়েংনা সিংথা রোইয়ে ॥ রোইনা সিংপোপ রোইয়ে ॥ মান কোং আনিমকনা ॥ রুয়েন রায়েন রোইনায়ে ॥ মা-থোপনা কোনঙৌ মিসি রোইনায়ে ॥ মাহিনা নোংমই কোরি রোইনায়ে ॥ মহুঙ মারিনতকি মাহাঙনা ॥ কোরি পিথা রাই

ব্রোইনায়ে ।। মাতিংনা সেল আোইনায়ে ।। সিংলিনা হুপপা হারা ব্রোইনায়ে ।। আপকমাসু ব্রোইনায়ে ।। মাহাওনা থাও মারেক নাইবা খৈপিক ব্রোইনায়ে ।। মাতিননা চানম য়েনম ব্রোইয়ে ।। মারোকুনা তিনহৌ ব্রোইয়ে ।

মানপনা শামু তিনহৌ ব্রোইয়ে ।। খুজিননা চাক পোইয়ে ।। শমনা কুলুসিং আোইয়ে ।। মাপানা তিংথৌ বোইয়ে ।। নাকোং য়েংকিতুনা ।। নাপুবা আোইয়ে । ব্রোইগা তুনা-নাসেনবা ব্রোইয়ে ।। মিং মাসেকতুনা মিংচিং লৈ পোইয়ে ।। ব্রোইকি মিং মাসেকনা রৈয়েনমু পোইয়ে ।। নাতোন য়েংকিতুনা সিতাপা ব্রোইয়ে ।। ব্রোইকিতুনা নাতাবা ব্রোইয়ে ।। চিনপান মাংকতুনা লৌহিং ব্রোইয়েবা খাতাংতুনা নোংলৈসং ব্রোইয়ে ।। থাবাকতুনা লৈসং আোইয়ে ।। সেকালাকতুনা য়িস্নিকসিপি আোইয়ে ।। ব্রোইকিতুনা আমুলৈ ব্রোইয়ে ।। :ফিমুংকি সম (মুন) না সিংপি আোইয়ে । হোইরোং (আমাং থোং) তুনা চাতারৈ বোইয়ে । মাহৌ ফাইপোক (তুরুম) কিতুনা রুসোকলৈ ব্রোইয়ে ।। খুকলুতুনা লিকলুলৈ ব্রোইয়ে ।। খুরাই তুনা লিকলালৈ ব্রোইয়ে ।। খুনমতুনা খুমিংলৈ আোইয়ে ।। খোংপি য়েংকিতুনা রুহল ব্রোইরে খোংতোনপিতুনা আঙৌলৈ ব্রোইয়ে ।। খোংয়াইতুনা কাংহৈ ব্রোইয়ে ।। খোংনিংথৌতুনা পাখংবা লৈব্রোইয়ে ।। খেংনাওপিতুনা য়িসিং লাংথালৈ ব্রোইয়ে ।। ব্রোইকি খোংপিতুনা রুলেনলৈ ব্রোইয়ে ।। খোংতোনপিতুনা পিসিংলৈ ব্রোইয়ে ।। খোংয়াইতুনা কোনতোনলৈ ব্রোইয়ে ।।

খোংনিংথৌতুনা লুমথোনপি রোইয়ে। খোংনাওপিতুনা লাপুকলৈ রোইরে।। খোংসা ১০ মাকি লৈনে।। খুৎনমতুনা রানতেং খোইপি রোইয়ে।। খুৎ য়েৎকি খুৎপিতুনা লাংথালৈ রোইয়ে।।

খুৎতোনপিতুনা সানা লেনপি রোইয়ে।। খুৎয়াইভুনা লাই-রেন লাবা খাংয়েৎলৈ রোইয়ে।। খুৎনিংথৌতুনা শিলেনপি অোইয়ে।। খুৎনাওপিতুনা হাওকারৈ রোইয়ে।। খুৎরোইকি খুৎপিতুনা চুমলাংলৈ রোইয়ে।। খুৎতোনপিতুনা য়িঙেললৈ রোইয়ে। খুৎয়াইতুনা মাইবা লৈ রোইয়ে।। খুৎনিংথৌতুনা লৈরিলৈ অোঈয়ে।। খুৎনাওপিতুনা কালেনলৈ রোইয়ে।। খুৎসা ১০মাকি লৈনে।। খুতাং তুনা কামপিলৈ রোইয়ে।। পালপোমতুনা কালাংলৈ রোইয়ে।। লেংতোনতুনা লৈসোকলৈ রোঈয়ে।। ননকনতুনা তাঙ্গৈরেন রোঈয়ে।। থোপকিতুনা কুমলিকলৈ রোইয়ে।। নাপা চুপাতি।। হায়িং সংনা চুপনায়ে।। হায়িংনা খেকপোকয়ে।। খেকনা হলপোকলে।। হলনা তাও পোকলে।। তাওনা তিলকাং তায়ামপা পোকলে খণ্ডঅো।।

---

নৈনরোলঃ— আসিপানা মসা অহু চাইথাঈদুনা মালেম মরা-চেংনবা ফাজিনবদগী।। মালেমগী মনুংদগী তাইবং পানবনা শিজিন্নরিবা হিয়াই পুন্নমক পুথোকপিদুনা মীরোঈ খুন্নাইসিংনা হৌজিক পুথোকতুনা শিজিন্নরিবা অসিনি।।

# খমলাংবা পুরারী

হৌচিকুতি অসিপাকি মাখোইনা ॥ পিস্নুম রোইপাতাকি ॥ খাকহৌবা মই-য়িসিং নোংসিং ॥ নুমিৎ-থা-চিংমান ॥ লাব্রাই লেনফুতাকি লেমহৌপা ॥ খোইতাকিনা ॥ পুমহিং পাংতা পুম-নারে। য়িরিক য়িকোং সেংনারে ॥ লাইনিংথৌনা হিংলকঙৈকি মামিংতি। মিহিংচি-মিহিংসং কৌয়ে ॥ হিংখিপা আতুতি ॥ লই-পাককি মাখোইতা ॥ য়িসিংকি ॥ মাথকতা ॥ মাসম তাপুন থাংনা ॥ লাইপাকপু খোমসিপাকুমনা ॥ সিনাঙাকতুনা লৈ-রিয়ে ॥ মামিংতি লইনুঙখোম চিরেন ॥ লাইরেন পোরোম হেংৎপা কৌয়ে ॥ তাইবং পানপাকি মাপু লাইকি নিংথৌ সিতাপা আতুনা ॥ য়িসিং তারংকি মাথকতা ॥ লৈপাককি মাথকতা ॥ মাখোং কারননানা ঙাকলে ॥ মামিংতি-রুম লইনিং ঙানপা-লৈসং লৈপিপা কৌয়ে ॥ লইরোন আসিতি ॥ তিলক্লুপলেন নামুংপানা পুরে ॥ মানাকতা লৈপাতি ॥ তিললিরেন-লাইয়ি-রেন ॥ তিনঙৌরেন ॥ তিনঙাংলেন ॥ লইহকলৈয়ালেন ॥ লই-রেমমা লইনপফা ॥ লৈহিংনু লৈনপপি ॥ লৈনুং হিলিপি ॥ কা-মালি-থিংবি ॥ আসি থৈপিকনা লৈয়ে ॥ লাই আয়ামপানা তিননারাপাকি ॥ লাইতিন কোল কৌয়ে ॥ পাথংপাবু কোন-ঙৈকি ॥ লইমা কোনসু কৌয়ে ॥ লৈরোন মাপল কৌপাতি আসিনে ॥ লৈরোন ৯ মাকি থোংতি ॥ আহুমানে ॥ মাপাল থংপাতি ॥ চক মালিংপানা ঙাকয়ে ॥ থোং মায়াই থংপাতি ॥

পামমালিংপানা ঙাকলে ॥ মান্নুং থংপাতি তুমহাবানা ঙাকলে ॥ আহুমমাম্নুং থাপনাতাপানে ॥ লাইনিংথৌ কোনসিন তিংথোকপতি লৈপাক নোংথৌ তুপানে ॥ মাপু থংনাপাতি আঙাইলেনবা থংনপানে ॥ মথক মাথাম্নুং ॥ আনিমা থংপানে ॥ মান্নি আনি-মাকি মালকতা ॥ লাইনিংথৌ লইনিংতোংপানা লৈয়ে ॥

লৈপাককি কোরোংতি লৈতংলেংবা কৌয়ে। লৈপাক থংপানে ॥ নোংথৌ কৌরোংতি নোংতং লেংবা কৌয়ে ॥ নোংথৌ থংপানে নোংলোন আমাতি থান্নাই মিচাক নিংথৌ সিতাপাকি ॥ মাপুক মনুংতাকি ঙাচিং মামুকুম থৈবংখিলে ॥ নোংনাংলেন আখুপা কৌয়ে ॥ অৈকি য়িফম আসিতি কানানাম্নু য়োপা ঙমলারোই হাইনা ঙাক-চারে কোনথে আতামবা কৌরে ॥ নোংলোন আমাতি আসিকি মাথৈতি ॥ সারালেন আমমপা আচিপা লাইকি নিংথৌ ॥ আ-থোইপা ॥ মাথানাকি মাঙালনা মহাকপু ॥ ৱুনা লৈয়ে ॥ মমিংতি নোংনাংলেন-আচাঔপা নোংকাচাঔ কৌয়ি ॥ নোংলোন মাপল কৌপাতি ॥ আসিনে থঙঅো ॥

নৈনরোল— আম্নমনা আসিপানা মাহাককি মাসা আতু তুম-থাইতুনা মালেম লৈসাবু ফাজিনতুনা লৈপাক মন্না চেংহলতুনা লৈন্নুংদা হি য়াই থমবিথিবাবু মীরোইবনা হৌজিক ফাংবা থি-জিন হুমজিনবা লোইবা নাইদন্নিবা আসিনি ॥ অতুগা অসিবনা অমুক হিংকংলকতুনা কোন্নৌথকত্তা নোংলোন মাপল সুনবা নোংলোন অনিপুথোকতুনা নোংলোন মপাল-সুহল্লদুনা নোংলোন

মাপলগী অরোইবা নোং নাংলেল নোংকাচাউ কৌবা মহমদা হনজিনহ্নুনা তাইবংপানববু নাওয়োকভুনা হৌজিক ফাওবা লৈরি ॥

আসিগুম্বা থমলাংবা পুরারিনা তাকলিবা নোংনাংলেন-নোংকাচাও হায়রিবা মফম অসিদি খৃষ্টানগী "বাইবল" অমদি ইসলামগী "কোরান"দা এডেন গার্ডেন হায়রিবা অমসুং হিন্দুগী বেদ-গী বৈকুণ্ঠ হাইরিবা মফমসিং অসি থমলাংবা পুরারিগী কোনথৈ অদামবা হাইনা সিংথারিবা মফম অসিগী মমুং চনবা ওাকতনি ॥ মফম অসিদি হৌজিককি চাওখৎলবা মীরোইবা কাংলুপকি খুৎসেমগী পোৎথোকনা য়োবা ওমদে হাইনা তাকপিরমলবা মফমনি ॥ কোরৌ অমদি মালেম হায়বা অসিদি মীওইবা কাংলুপ অমৎতগী শরুক ওইবা য়াদে। ময়ামগী অপুনবনি ॥

মথংদা থমলাংবা পুরারিগী অনিস্সুবা অহুমসুবা মরিস্সুবনচিংবা অমসুং থমলাংবা পুরারীগী মরি লৈনবা পুয়া কয়াবু নৈনহ্নুনা পুথোকচরকখিগনি ॥

Signature

## অইবগী ফোংখিবা লাইরিকসিংঃ

১। লৈহৌ নোংহৌবা
ময়েক্কী হৌলককম

২। লৈয়িকী মতিক
ময়েক্কী ফিথুপ

৩। লাইমিং লমচৎ

ফোংদোকচখিবা কোপি ফংবিথিগনি॥

---

নম্ফমঃ—ইষ্টর্ণ প্রিন্টিং এন্দ এলাইদ ইদস্ত্রিজ কো-ওপ, সোসাইটি
লিমিটেদ (ইপাই) কোন্নুং লম্পাক, ইম্ফাল।